এ.কে শেরাম। মরু ওইনা কবিনি।
বাংলাদেশকী মণিপুরী সাহিত্য চর্চা হৌবগী অহানবা মতমগী শক্লাইরবা কবি'মনি। কবি অমা ওইনা খ্বাইনা শকখঙনবীবা এ কে শেরাম ৱারেং ইবদসু খুৎলোয়বগী খুদম পিখি। মণিপুরীগী ইতিহাস-লোন-সাহিত্য-সংস্কৃতিগী মতাঙদা শিংথানবা য়াবা ৱারেং কয়াদং ইবিখি। লাইরিক ওইনসু ফোঙবিখি। অদুবু ৱারী মচাগী অইবা অমা ওইনদি এ কে শেরাম থোয়না শকখঙনবা নত্তে। তৌবগীদি মমাঙ থাবদা দীপান্বিতা, মৈরা, মিৎকপথোকপা, তান্না অমসুং শজিবু-দা ৱারীমচা খরবুদি ফোঙখ্রে। হন্দক ফোংঙিবা 'নোঙ্গৌবী' হায়বসিনা অইবা অসিগী অহান্বা ৱারীমচাগী লাইরিকনি। মদুতসু নত্তে, লাইরিকসিনা বাংলাদেশতা ফোঙবা মণিপুরী ৱারীমচাগী অহান্বা লাইরিকসুনী। লাইরিকসিদা অইবা অসিগী



R.S. Printers



অফোঙবা
বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ
তপোবন, লামাবাজার, সিলেট-৩১০০
অহানবা ফোঙবা
রাসপূর্ণিমা ১৪০৮, ৩০ নভেম্বর ২০০১
@
শানারৈ-চীংখৈ
মখুম
এন. যোগেশ্বর অপু
লাইরিক নম্বা
মাহমুদ কম্পিউটার প্রিন্টার্স
পূর্বজিন্দাবাজার, সিলেট।
মমল
লুপা নিফু

ঐগী অরাবগী খোঙলোয়
নুংঙাইবগী শব্দক
অনৌবা সৃষ্টিগী প্রেরণা ওইরিবী—

চন্দ্রা-দা

**লেখক অসিগী মমাঙথাবদা ফোঙখ্রবা অতৈ লাইরিকশিংদি—**

মণিপুরী শৈরেংগী লাইরিক
**বসন্ত কুন্নিপালগী** লৈরাং-বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ, সিলেট-১৯৮২

বাংলা শৈরেংগী লাইরিক
চৈতন্যে অধিবাস-সনাতন সাহিত্য আশ্রম, কমলগঞ্জ-১৯৮৮

সম্পাদনা তৌবা
বাংলাদেশকী মণিপুরী শৈরেং—বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ, সিলেট-১৯৯০

বাংলা ৱারেংগী লাইরিক
**মণিদীপ্ত মণিপুরী ও বিষ্ণুপ্রিয়া বিতর্ক—ইতিহাসের দর্পণে দেখা**
-বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ, সিলেট-১৯৯৩

বাংলা ৱারেংগী লাইরিক
বাংলাদেশের মণিপুরী-ত্রয়ী সংস্কৃতির ত্রিবেণী সঙ্গমে—আগামী প্রকাশনী, ঢাকা-১৯৯৬

# অফোঙবগী ৱাহৈ

মণিপুরী জাতি পাক চাউরবা সাহিত্যগী চংখোল্লবা লনগৈ অমগী মপু ওইরিবা জাতিনি। বাংলাদেশতা মরু ওইনা সাহিত্য চর্চা হৌখিবসি ইং শোক ১৯৭৫ দগীনি। সাহিত্য চর্চাদা অনৌবা ইহৌ ইনোৎ হাপ্পুনা লাক্লিবা সংস্থান বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ ঙসি ফাওবদা সাহিত্যগী ইখোলদা য়েন্নিং তম্মকপা অইবা কয়াদংবু তরাম্না য়োকখৎপগী তৌফম থৌদাং কাউজদে। খুদোং চাদবা অপল অথিং কয়া মায়োক্লনা সাহিত্যগী চেফোং কয়াদং তৎতনা ফোঙলবসু খুৎলোয়না ইরবা অইবা কয়াগী লাইরিক ঐখোয়না ফোঙজবা ঙমজদ্রি। অদুনা লাইরিক ওইনা ফোঙখিবা মশিংদি খরদংতনি।

বাংলাদেশকী মণিপুরী সাহিত্যগী আতিয়াদা খৱাইদগী ময়েক মঙাল শেংনা ঙানলিবা ধ্রুবতারাদি ইকাইখুম্নজরিবা কবি এ.কে. শেরামনি। মণিপুরী সাহিত্য চর্চাগী লমজিং মৈরা ওইবিরিবা অইবা অসিগী লাইরিক কয়াদং ঐখোয়না ফোঙজখ্রে। লোয়ননা অতৈসু খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক কয়াদং ফোঙখ্রবনি।

বাংলাদেশতা ফোঙখিবা চেফোঙ কয়াদংদা অইবা কয়াগী ৱারী মচা কয়া ফোঙখ্রবসু খোমজিনবা ৱারীমচাগী লাইরিক ফোঙখিবা ঙসিফাওবা থেংনদি। ফোঙলিবা এ.কে. শেরামগী 'নোঙ্গৌবী' না অইবগী অহানবা ৱারী মচাগী লাইরিকনি। লোয়ননা বাংলাদেশকীসু অসিনা খৱাইদগী অহানবা ৱারী মচাগী লাইরিকনি। লাইরিক অসি ফোঙজবা ঙম্বদা বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ তঙাইফদনা নুঙাইজরে। 'নোঙ্গৌবী' অপাবশিংগী কুইনা খৌরাংলবা খৌরিদা অপেনবা অমা পিবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈ অতৈসু মপুং ফাহন্বদা শরূক য়াগনি হায়বা অচেৎপা থাজবা থমজরি।

**এন. যোগেশ্বর অপু**
সাধারণ সম্পাদক
বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ

## হীরম লামায়

# নোঙ্গৌবী

নুমিৎ অদুসু অতৈ নুমিৎ কয়াগী মতৌগুম্নম্মি। য়াচংলমদায়গী কোরৌনা লৈঙাং মচুগী কৌপীন শেক্তুনা লমকোইবদা ৱারবা লম্বোইবদৌনা খোঙথাং তপ্না ময়ুম পাংলম্মি। মেরাগী লিরিবা মলয়াদি অইংবগী পাউজেল শন্দোক্লুনা মায়কৈ মায়কৈদা কোইচেল চেল্লি। লমদম থাপ্না চাক্তারুবা উচেক য়ারা কয়ানা মতমগী মাঙ থাহৌবগী ইথিল অমগা লোয়ননা শাখপ তোইরি মকোন তম্না। নোংপোক চীংখোঙরোমদগী শন্দোরকপা ফিজং অমনা তপ্না তপ্না আতিয়াগী অশংববু কূপশিল্লক্লি। মনিঙগী সোড়োক কারোংদা হৌজিক্তা তাখিবা নুমিৎকী মশেক্লা ঙাঙ্গ্রানবা মচু য়ৈরিবা নোংচুপকী চীংয়াদা চোকথরবা মিৎস্নাদুবু তপ্না পোখাহল্লগা তুমিন্না ফম্লি চন্দ্রমুখী। থম্মোয়নুংদদি ঈথক ঈহৌরবা সমদ্র'মগী মখোল থোক্তবা ঈরাউখোল—মিৎলু'দনা তাগদগী ঙাইদুনা লৈবা নোংগী ঈথৎ। নিংশিংবগী সেলুলয়েডতা মথং মথং থোরকখি হৌখ্রবা মতম কয়াগী থৌদোক কয়াদং।

মতমদো ফাইরেন থাগী লোইরমদাইনি। ঢাকাদা করি করিনো তৌনরে—য়াম্না লাংনরি—ইরাং হৌরি হায়বগী পাউনা খুঙ্গং-লৈরকফাউবা পুমনিল নিল্লবনি। ময়াম্না ঙাংনবদা মরক মরক্তা ৱারী তাবা য়াউরম্মি চন্দ্রমুখীসু। মরম মহা থোয়না খংঙমদে—জ্ঞান তাদে করিমত্তা। অদুবু ইরাং ফত্তে হায়বসি'মদি ফজনা খংঙম্মি। অদুনা ময়ামগী পাখৎপদা য়াউদবা ঙম্নমদে মাসু। চন্দ্রমুখীনা পাখৎলিবদি মরু ওইনা মাগী মচানিপা য়াইমা সিলেটতা লৈদুনা কলেজ তম্নিবা তরুনগীদমক্তনি। মীনা হায়নবদা'সুম তায় তরুনদি নহা ছাত্র ময়ামগী ইরাং হৌবদগাকসু য়াউরি। অঙাং নহামক ওইরবসু য়াম্না থৌনা ফবা—ইরাং কনবা অঙাংনি হায়নৈ। অদুনা চন্দ্রমুখীদি দেশ-লৈপাক্কী ইরাংসিদা মচানিপা তরুনগীদমক্তা পাখৎচৈ। অতৈ মচা অনীদি য়ূমদা লৈবনিনা থোইনা খল্লুদে। মচানিপা অহল গোপালবু লাইরিক থাদোকহনবা কুইরে। মপানা অহল ওইশিল্লকপদগী লৌউ-শিংউবগী থবক্তা মপা মতোমতনা হোৎনবা ঙম্মক্তে হায়না মপাবু তেংবাংবগীদমক্তা স্কুল তম্বা তোকহনখিবনি। হৌজিক্তি গোপালনা মাইপুদুনা লৌউ শিংউবগী থবক তৌরিবনি। অতোম্বা রবীনদি চহী ১২তমক শুরি, হন্দক্তা হাই স্কুলদা কারি-শ্রেণী তরুকতা। য়াম্না চনিং তায়—ইং তপ্পি হায়নসু লৈকায় মীয়াম্না অঙাংসিবু য়াম্না লুনা তৌবি। চন্দ্রমুখীসু'দুঙায়—রবীনগীদমক্তা মাগী থম্মোয়দা তোঙানবা মফম'মা কন্দুনা লৈরিবনি। মদুগী মরমসু লৈ। রবীনসে চন্দ্রমুখীগী অপোকপা মচা নত্তে। মাগী মপুরোইবা কাহ্নাই নুপী অনী লোল্লম্মি। চন্দ্রমুখীনা অহলনি—মালতীনা অতোম্বী। চন্দ্রমুখীগী অঙাং অনী—গোপাল অমসুং তরুন। মালতীগীনা তোমথিন শাৎচবা—রবীন। অদুবু মালতীদি খঙহৌদনা খুদক্কী লাইনা'মদা কুইনা চিংনরমদনা লৈখিদ্রবনি। মতমদো রবীনদি য়াম্না পিকই—জ্ঞান তদ্রি। মালতীনা মচেমহল চন্দ্রমুখীবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মিৎলু পিরাং চেন্দুনা পাউমেঞ্জরকই—'ইচেমহল, রবীনবু য়েংঙু। রবীনসে ঐগী নত্তে—নঙগী নচামক্লি খল্লুকো ইচেমহল।' ৱা মখা তাবা ঙমখিদে মালতী। মিৎলু অনীদগী সুরমা-কুশিয়ারানা লেপ্লাইদনা চেন্থরকখি ঈচেল ওইনা। চন্দ্রমুখীসু অপং চুখি—করিমত্তা খুম্বা ঙমখিদে। মালতীগী মখুৎতমক চেজেৎ কোনশিল্লগা পিরাংগী লোইনাইদ্রবা ঈফুৎতনা ফোঙদোকখি ফোঙঙমদ্রবা ৱাহৈ কয়া।

চন্দ্রমুখীগী চোকথরবা খজাই অনীদুদা লিরি নাইনা শিন্থরক্লম্মি মিৎলু অনীদগী পিরাংগী ঈচেল। নিংশিংবগী জগত্তগী বাস্তবতা হল্লকখি চন্দ্রমুখী। ফিজিদুনা তপ্না মপি তৈথোকচৈ। ৱাখলগী লংলা লংজিন থিদুনা আমুক্তা খোঙদোয়বা হৌরি স্মৃতিগী মরূদ্যানদা।

রবীন য়াম্না পীক্লা মমানা লংথোকপিরম্বনিনা মমাগী স্মৃতি নিংশিংবা ঙমদে। পিক্লিডৈদগীনা চন্দ্রমুখীবু মমানি খন্দুনা লাক্লবনি। মানা নুংশিনা 'ইমা' কৌবা তাবদা চন্দ্রমুখীসু মাবু অপোকপা মচা নত্তে হায়না কৈদৌঙৈসু খন্না ঙমখিদে। তশেংবদি গোপাল অমসুং তরুনবুদি রবীনবুনা হেন্না লুনা তৌদুনা য়োক্লক্লিবনি চন্দ্রমুখীনা।

লমদাগী অহানবা থাখাইদা নোংমা নুমিদাং ৱাইরমদা তরুন য়াম্না তফিং তফিং য়ুমদা লাকখি। মপাগা চিক্লা ৱারী খরা শান্নখি। চন্দ্রমুখীদি মচা লাকয়ে হায়বগী হরাউবা ঈপাক্তা তাউদুনা মচানা চানবা মথেল মকোয় তৌদুনা হোৎনরি। নুমিদাং খরা থেংজিল্লক্লগা মমাদা খুরমদুনা বিদায় লৌরগা ব্যাগ অমা য়ানশিন্দুনা থোকখি তরুন। চন্দ্রমুখীনা কদায় চৎলিবনো হংবদা—হেনফদবনি—চৎতবা য়াদ্রবনিতা হায়রম্মি। শুগাইনা মরম মহা করিমত্তা হায়রমদে। জ্ঞান মেন তাদবা চন্দ্রমুখীদি তিঙক-মাইঙক্লদুনা য়েংদুনা'সুম লৈহৌই। খরনি মতুঙদা মীনা ঙাঙনবদা তায়—তরুনদি মুক্তিফৌজতা চংখ্রে—লানদা চৎখ্রে—বাংলাদেশকী নিঙতম্বা তানবগী লানদা। চন্দ্রমুখী খঙদে নিঙতম্বা ফংঙগা করি কান্নগদবা। অদুবু লান য়াওবা চৎখিবা মচানিপা তরুনগীদমক্তদি পাখৎতবা ঙমজদে।

শজিবু থাদদি লানগী ময়াই কনখৎলম্মি। লানগী মৈশা চন্দ্রমুখীখোইগী খুলদসু খরা খরা ফাউরক্লম্মি। নুপী-অঙাং, পোৎ-চৈ থৈদোক্লবা য়াওই—ইন্ডিয়া চৎনখিবা য়াওই কোঙ্গাইমনা। চন্দ্রমুখীসু মমৌনে করিনে অতৈ মী ময়ামগা লোয়ননা ইন্ডিয়াদা চেল্লক্লম্মি। য়ূমদনা মপুরোইবগা মচানিপা অহল গোপালগা লৈহৌবগী ৱানি য়ূম শংবগীদমক—খুদোং চারোইদবা ওইরগা মখোইসু চেল্লক্লদবনি। রবীনদি মমাগা লোয়ননা চৎলসি হায়ববু শুকয়া য়াখিদরে—মপাগা লৈহৌগনি—কোন্না লাক্কনি হায়না কন্নমক নিঙায় তৌখ্রে। অঙাংদুগী মতৌদুদা নুংঙায়তদুনা মপানসু হায়রে—ফরে ফরে নখোয় চৎলো, নোং নিনি মতুঙদা মাবু থিনবিরকপা হায়বদুনি। ইন্ডিয়াদা সরকারনা পীবা ক্যাম্পতা লৈরে চন্দ্রমুখীখোয়। ক্যাম্পকী অৱা-অনা তুংওইনদুনা চন্দ্রমুখীদি মতম'পুম্বদা লানদা চৎখিবা মচানিপা তরুন অমসুং য়ূমশংদুনা লৈহৌরিবা মপুরোইবা অমসুং মচা অনীগী ৱাতমক খন্দুনা লৈরে।

নোংমগী অয়ূকনি। চন্দ্রমুখী নুমিদাং মঙ নুংঙাইরমদে হায়দুনা অৱাংগী বারান্দাদুদা ফম্মগা চিন্তাগা শাগোন্নদুনা লৈরি। তাঞ্জাদুমক্তদা য়াম্না তফিং তফিং থুংঙখি মাগী মপুরোইবা কাহ্নাই। মপুরোইবগী চোকথরবা হকচাং—মঙাল য়াউদ্রবা মায়থোং উবদা স্বাই লাউই চন্দ্রমুখীগী থম্মোয়। লাংতক্লনা হংঙি—করি তৌরে? গোপাল-রবীনদি কদায়?

কাহ্নাই ফদ্রাক লাউনা ফমথৈ বারান্দাদুদা। মরূ লূক্লা তুমিন্না লৈ। মমিৎতগী শিন্থরকখি থম্মোয়গী চাকথেক্লবা ঈগী ইচেল পিরাংগী ঈরা ওইনা। ঙহাক লৈরগা তপ্পা তপ্পা পোত্থা পোত্থানা লীবা হৌরকই তমথিরবা থৌদোক অমগী ৱারী।

মমাঙগী নুমিদাং'দুদনি। ঙল্লপ্পা চাক-ঈশিং লোইরগা চাগে হায়নতা ফম্লি মপা মচা অহুম। কদোমদগীনো ময়াং খরা পরপ পরপ চঙশিল্লকই ইমুঙ তান্না। ঙক্লা য়েংই কাহ্নাই। লমদমসিগী ময়াংশিংদি মৈতৈ য়ূমগী ইমুঙদা খক চঙদে। অদু ওইরবদি লাকইবশিংসি কদাইগীনো? করি মরমগী লাকপনো? ৱাহং হংবগী তাঞ্জা ফংখিদে কাহ্নাই। মমাই মমিৎ ফি-না খুমজিনবা নিপা মরী মঙা চংশিল্লক্লনা কিৎ কিৎ নমদুনা ফাই মখোয় অহুমবু। খুৎলৈ থুনা মখুৎ পুনশিল্লি তুংওইননা—মমাই মমিৎ পুনশিল্লি ফি অমুবনা—মখাদা ফিবুন নম্মি। অদুদপী মখৱাংদা থৌরি থুদুনা চিংদুনা পুই মখোয় অহুমবু। লম্বীদা থোরক্লগা খংঙে—মখোয় অহুমতা নত্তে, অহোয়না অতৈ মীওই খরবুসু অদুম হায়না ফাদুনা পুরক্লম্মি। মদুদগী আমুক সোড়োকতা—আমুক লৌবুক্তা মখোঙনা

চৎহন্দুনা পুই। ফনা কুইরে মখোয়বু চিংদুনা পুরক্লিবসে। লম্বী মশাংসি কনামত্তা করিমত্তা ঙাংনদে। ফাবা লাকইবা কাঙবুশিংদি মরক মরক্তা রা মচেৎ মচেৎ ঙাংনৈ। মখোয়গী রাশিংদগী খঙবা ঙম্মি—*মখোয়শিংদি বাংলাদেশকী নিঙতম লানসিবু য়াদবা কাঙবুনি।* মখোয়না হায়নৈ *মৈতৈশিংদি লোইনা আওয়ামী লীগতা ভোট পীবা কাঙবুনি—নিঙতম* লানসিবু য়াবা—শৌগৎপা কাঙলূপনি। তরুনগী রাসু পনখিবগুম তৌই। মখোয়না ঙাংনৈ—মৈতৈশিংদি অফং অফংবদা ফাদুনা হাৎকদবনি। মাইল কয়া শুরবা খঙদে মখোয়না চৎলক্লিবসি—কদোম পাংনা চৎলিবনো মদুসু ভাব তাদে। নুমিদাং থেংজিলক্লে হায়বসিদি খংঙি কাহ্নাই। খরা চৎলগা মফম অমদা মখোয় ময়াম্বু ফমহল্লে। মফমদু তুরেল মপালনি। ঈশিং চেনবগী মখোল অমসুং তুরেলগী অইংবা নুংশিৎ ফাউরকই কাহ্নাইদা।

ঙহাক তুমিন্না লৈ মায়কৈ পুম্বা। ঙহাক লৈরগা করিগুম্বা মখোল অমা অমসুং কনানো'মগী খোন্থোক্তগী অরোইবা খোল্লাউ অমা তাবা ফংখি কাহ্নাইনা। মীহিংচাশিংদুনা ঙাংনবদুদা খঙবা ঙমখি—মখোয়শিংদুনা অফাবা মী অমবু থাঙনা য়ান্থুৎলগা তুরেলদা ইন্থখ্রে। ঙহাক লৈরগা অমগীমুক খোল্লাউ তায়। কাহ্নাই মশীং থী-অমা, অনী, অহুম...। ঙসিদি পুন্সি অসি লোইয়ূ হায়বা তমখ্রবোইরে—খল্লকই কাহ্নাইনা। মমোন মমোন্দা মাগী ইষ্টদেব কৃষ্ণগী মিংলেন শোঞ্জে। মাগী নুংশিজরবী তালোয় চন্দ্রমুখীগী মাইথোং নিংশিংলকই—নিংশিংলকই মচা নিপা য়াইমা তরুনগী রা। তপ্না তপ্না শিৎনা শিৎনা তুং হন্দোরকই কাহ্নাই। মখুৎকী অপূন্নদো খরা খরা কোমথোরকপগুম তৌই। তপ্না তপ্না হোৎনদুনা লৌথোকচরে অপূন্নদো। মমিৎকী ফি অদু হাংদোকচৈ। পুম্মম মমখি মায়কৈ 'পুম্বা। অমম্বা অহিংদুদা করিমত্তা উদে কাহ্নাই। ঙহাক লৈরগা অমম্বদু খরা হৈনরক্লবদা কাহ্নাইনা উবা ফংঙি—খজিক্তং লাপ্না লৈরিবা মুশি মুশিরবা মূর্ত্তি খরা। কাহ্নাই শিৎনা শিৎনা তুরেল মপালরোমদা চঙশিল্লি—তপ্না নান্থে লৈরায় মখাদা। পাকথ পাকথনা চৎপা হৌরি তুরেলগী ঈচেলগী হঙ্গৎনা। অদুম হায়না নুমিদাং চুপ্পা চৎলবা তুংদা মফম'সিদা য়ৌরকপনি কাহ্নাই। গোপাল অমসুং রবীনগী মরাইবক্তা করি তমখ্রবা কাহ্নাই হায়বা ঙমদে। মদুদগী অরাবগা-নুংঙাইতবগনা নুংনাংঙবা কাহ্নাই হিংঙে হায়বাগী নুংঙাইবা 'মগা কোন্ননা 'সুম জ্ঞান মাঙখ্রে।

মতম্মদা লান লোইরে—নিঙতমলে বাংলাদেশ। চন্দ্রমুখীখোয় হল্লকলে ময়ুম লমদমদা। অদুবু অঙকপনি বিধিগী নোংদম! লানদা চৎখিবা মাগী তরুনদি লানঙম ফীরান পায়দুনা হল্লকলে। অদুবু মমা-মপাগী মথাদা শান্তিদা লৈহৌবা গোপাল-রবীনতদি হল্লকপা লৈখিদ্রে। গোপালগী রাসু থমখ্রো। রবীনগীদমক্তনি খল্লিবা চন্দ্রমুখীনা। মনাওনুপী মালতীনা মাগী মখুৎ পায়না শিন্নরম্বনি রবীনবু। হয়েং লাইরমলেনদা চৎলগা মালতীদা করি পাউখুম্মুগনি? 'ইচেমহল, ঐগী রবীন করম তৌহৌরি' হায়বদা করি পাউখুমনো মানা পিগদবা? করিগীনো খঙদে, চন্দ্রমুখীনা মমোনদা থাজে—মখোয়শিংদুনা রবীনবুদি হাৎপিরোই—অঙাংনি হায়না থাদোকপিরক্কনি। নোংমদি শোয়দনা অঙাংদো লম্বী থি-থিদুনা ময়ুমদা হল্লকখিনি। অদুনা চন্দ্রমুখীদি নিতিগী রবীন হল্লকখিনি হায়বা আশাদা মতমপুম্বদা নোংচুপ পাংনা লম্বী য়েংদুনা লৈ। ঙসিসু লৈরি চন্দ্রমুখী—য়াম্না রানা ঈশিং চাই-চাইদুনা হিংহন্দুনা থম্মি মাগী আশাগী ময়োলদো।

নুমিদাংরাইরমগী ময়ুম হঞ্জিনবা ক্বাক শঙ্গু অমনা 'ক্বাক' 'ক্বাক' খোংদুনা কোকথক্তা ইরাং লাংমখৈ পাইদুনা চৎখি। নিংশিংবগী রাউজুনরবা জগৎতগী বাস্তবতা হল্লকখি চন্দ্রমুখী।

নোঙ্গৌবীনা নোং ঙাইবগুম মচা হল্লকখিনি ঙাইজবা চন্দ্রমুখী নোং খোংবদৌনা হৌনা কপথরকই।

# কুরাক অমগী ৱারী

মতমদু খৃষ্ট চহী ১৯৭৫গী লোইরমদাইনি। ইংথমগী চৈনাখোল খরা খরা ফাউরক্লবা মালেমগী মায়থোংদা অৱাবগী হুমাং মরিক শৌদোক্লি অয়ুক্কী উনগী শক্তমদা। ইংথমগী চৈনাখোল খাঙবদতা ৱাজরবী মালেমনা কোরৌগী মৈশা লাংবগীমুক খল্লুবদা লাংতক্লদুনা নোংমা নোংমগী কোরৌগা উন্নবগী মতম তেনশিন্দুনা মতম শাঙনা য়াহিপ তাল্লক্লি নুমিদাং লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা। লাইয়েকপগী ক্যানভাসতা য়েকপা ঈচেলগুম পুকচেল তপচবী সুরমাগী তোর্বান্দা খুন্দাজবী মৌনী লুপপূদুনা কাজরকপী মৌনহাগুম ইংনা নৌনা ফজবী সিলেট শহরগী মচি অমদনি ঐগী অফিসতো। থোঙ্গালমক্তদা সিদ্ধ পুরুষ শাহজালাল আউলিয়াগী দরগানা মায়কৈ ঙান্দুনা লেপ্লি। দরগাগী শেংলবা নুংশিৎনা তত্তনা মায়কৈ মরীগী নুংশিৎপু শেংদোকপিরি। মথোল তরা নাইরিবা দরগাগী মিনারদগী মতম মতমদা লাউরকপা আজানগী শেংলবা খোঞ্জেলনা ভক্তশিংগী থম্মোয়দা ভক্তিগী ঈহৌ পুরকলি।

নোংমগী অয়ুকনি। পুঙ মাপল তাবগা লোয়ননা নিতিগী মতৌগুম অফিস কারক্লি ঐসু। তরু তনাল্লবা পিক্তক তৌবা কা'দুদা ঐখোয় মঙাতমক ফম্মি। থোংনাওমগী মপা ওইরপ্পা নোংপোক ওন্না থাবা টেবিলনী ঐগীদু। ষ্টিল আলমিরাদগী চে-চাং লৌথোক্তুনা থবক শুগৎপদমক হৌগৎলম্মি। কদোমদগীনো ইখঙ খঙহৌদনা মচু মচুগী লৈরোংনা লৈত্রেংলবা কুরাক অমা কা'দুদা কোইপাই পাইরে। কুরাকতুনা ফজবগা—থাজদনা কা'দুদা চঙক্তুনা পাইরবগা ময়াম পুম্নমক ঙক্তুনা য়েংনৈ। ঐসু থবক লেপ্তুনা ঙক্লা য়েংদুনা লৈখি কোইপাই পাইররিবা কুরাকতুবু। অদুবু কুরাকতুদি ঐবু অতৈসু ঙকহন্দুনা তপ্পা পাইশিল্লক্তুনা ঐগী ওইথংবা থবাক খাউগী মথক ওইরপ্পা লেংজুম মনাক্তা তোংঙৈ। ময়ামসু ঙক্লা য়েংনৈ ঐঙোন্দা। ঐখোয়গা খবক শুমিন্নবী মীরানা ফিংনা হায়রকই—সিংবাবু, কুমশি চহীসি মীগাক হেনগৎকদবা খুদম্নি। ৱাদু তাবদা চহী মতাঙগীদি মতিক চাজদ্রিবা অদুবু অপাম নুংশিদি মশক খঙলবা ঐনা হরাওজে—আমুক্কসু হন্না হায়হন্নিংঙি। অদুবু চীন্দদি হায়খি—শৈ কদায়দগীনো—ওইথোক্তবা ৱাদুবু।

'করিগী ওইথোক্তবনো'—য়ৌ য়ৌনি মোস্তাকিম বিধান না। মখোয়গা ৱারী শাবা তোক্তুনা অমুক কুরাকতুদা ওনশিল্লি। কয়াতা ফজখ্রবনো মাগী লৈরোং য়েকপা মশা শিংদো—অমুবাদা শংবানবা মচু য়ৈবা কুচুদা অরংবা নাপু মচুনা ফুটফুট থিনবদুদি নোংকুপরক্কী শংবানবা অতিয়াদা চুমথাং থোকপগুম্নি। অহানবা উবামক্তদা কুরাকতুবু মিতারম্মি—নুংশিজখি মাবু। কুরাকতুবু ঐগী—লন্নায় ওইনা ঐগীতা ওইনিংখি। অদুবু ঐগী থম্মোয়বু খঙদবা কুরাকতুদি ঐবু হুন্দোক্লমদুনা পাইখিগদ্রা হায়বা ৱাখলদগী পাইখিদ্রিঙৈদা ফাহৌসিরা হায়না খুৎ তিংথোকলুই। অদুবু করি খল্লুবনো—তিংথোকলুবা খুৎ চিংশিঞ্জরকখি ইদোমতা। কুরাকতুদি ঐঙোন্দা য়েংদুনা মোমোন নোক্তুনা লৈরম্মি। নত্তে মসিবু ঐগী মীৎয়েং শোয়বনরা? খঞ্জা-মঞ্জাননা ঐনা হংখি—নত্তে শক ফজবী কুরাক, নঙনা মোমোন নোক্লিবদি করিগীনো? অদুবু করিসু নাচুংবিদে মাদি—পাউখুমবিরকতে ঐগী ৱাহংগী। ঐনা খল্লি—হোয়নে, করি হায়নসু পাউখুম্মক্কনি। কুরাকনবুদি মীরোল থোকপরাদো? অদুবু অঙকপগী মথক্তা অঙকপনী! ঐবু অতৈসু ঙকহন্দুনা কুরাকতুনা মিরবা খোঞ্জেলদা মী তাখিগনি মতাগুম তপ্পা খুম্নকখি—মীরোল থোক্তে হায়বদু চুমদে। অদুগা ঐদি নঙগী থম্মোয় খঙদবসু নত্তে—খঙদুনবু ঐবু নুংশিবিগনি হায়না নকাদা চংজরকপনি'। ঐ ঙকপদগী হেল্লদুনা ঐগী অরোনবা নুংশিবগী

ৱাবু নুংশিজরুবা মীওইদুনা লায়না খঙদোক্লম্বদুদা ইকাইখিবনা লৱাই লুতোন শাৎখি। ইকাইবা খাঙদুনা মঙোন্দগী মায় লৈথোক্লগা থবক কন্না শুশিন্নখি। ঙহাক লৈরগা মানদুম হংঙকখি 'কৈদৌরবগে তুমিন লৈখ্রবদি?' ঐনা—কৈসু তৌদে—হায়রগা তুমিন লৈথোকই।

'অদুবু ঐনা লাকইবসি করিগীনো হায়বা ফাউবদি হংঙরোইদ্রা?' হোয়নে কুরাক্কী ৱাহংদু তাবদা ঐ জ্ঞান খঙতা তারকখি। কলম থাঙ্গৎতুনা মঙোন্দা ওনশিল্লি। নোকমি তৌদুনা মানা অমুক হায়রকই -'ফরে অপাৎপসিদি ঐগীনিনা হংদ্রবসু 'সুম হায়জরগে।' ঐনা অঙকপা'মগা লোয়ননা থৱায় য়াওনা তাখি মাগী ৱাশিংদো। মানা হায়রকখি—'ঐ ঐগী কুরাককী পুন্সিসে অমুক পামজদ্রে—ঐ কুরাক ওইনিংদ্রে। অদুনা মী ওইরগে হায়না মীগী মনাক্তা লাকপনি।' ঐগী মায়থোংদা য়েকখিবা ৱাহংগী ময়েক অদু উরমাল্লে—মানা মখা তাথরকখি—'অদুনা ঐনা মীওইবা ফুরূপকী মীহুৎ ওইরিবা পুকচেল চাউরবা কবি নহাক্কী নফমদা হায়জনিংবদি—তোল্লবা কুরাক ঐবুসু মী ওলহনবিরো। ঐবুসু মীরোল থোকহনবিরো-থম্মোয় পানবিরো—নুংশিবা তম্বীরো। ঐসু পুন্সিচুপ্পা'মা নুংশিজরগে নঙবু—লাৎচরগে ঈশ্বরগুম্মা। ঐবু...ঐবু...।' ইমোশোন্না হেঞ্জিনদুনা ৱা লোইশিনবা ঙমদে কুরাকতো।

ঐনা নোকফেৎ তৌরগা শোর মপী শাংনা হোন্দোক্তুনা হায়—'ও, মদু ওইরে—ওইথোক্রবা ৱারীদো?' মায়থোং লাংশিল্লি কুরাকতো—য়াম্মা থম্মোয় শোকখ্রবোই। খরা শাউরপ্পা খুম্মকই—'হোয়নে, ঐদি কুরাকনি—ইচম চম্বা কুরাক। অদুবু করিগুম্বদা ৱাহৈশিংসি হায়রম্বা থোকলবদি নঙগী নুংশিবী—থম্মোয় তাজবী...।'

'ছস্ তুমিন লৈয়ু, মিং হায়রক্কনু। ময়াম তার্খিনি।' ফিংলপ্পা মচিনদু মেনগে হায়না খুৎ থিংথোক্লুই। অদুবু য়াম্মা ৱারৌখ্রবোইরে কুরাকতুদি...হন্না য়েংদমখৈ পাইদুনা চৎখি। তিঙক মাইঙক্লদুনা ঐসু অদুম য়েংদুনা লৈহৌই নিংঙমহৌদনা। অমসু অমসু হংনরকই—পাইখ্রবোইরে কুরাকতো? করিমত্তা খুমদনা থবক্তা মায় ওনশিল্লি ঐ। অদুবু তং তাখিদে থম্মোয়দি। উংদুনা লৈখি ইদোম্নতা।

অদুম্মা কয়া কুইনা লেনখিবা খঙদে। ইনাক্তা ফম্লিবী মীরানা হংঙকই—'করি খল্লিবগে অদুক মুন্না সিংবাবু? কুরাকতুগী ৱাখল্লা? ৱারুরনু কুরাক তুদি হল্লক্লে য়েংঙু।' হায়গুম্মদনা য়েংঙুববু কুরাকতুদি মাগী হান্নগী ফমফমদুদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্মি। করম্বা শরক্তবু পাইরকখিবা খঙহৌদে। ঐসু কুরাকতুবু উবদা খরদুম হেন্না শাউনিংখি—নিংঙাই অমা তৌখি। মাবু উশন্নদদুনা লাউনা হায়খি মীরাদা—'শেরা ঐনবু কুরাকতুগী ৱাখল করিগী খনগমো। ইরিবা চে'সে অরুবনি! অদুদা খরা নিংথিজনা ইগে হায়না ৱাখল তৌবনি।' মদুদগীদি তশেংনমক্কীসু থবক্তা মায় ওনশিনখি। য়েংদ্রবসু খংঙি কুরাকতুদি শোয়দনা ঐনা শুরিবা থবকশিংদো য়েংদুনা লৈরিনি। পুঙ অমা তাবা ঙহাক ওইখ্রমাল্লে—দরগাগী মিনারগী ৱাংখ্রবা মতোন্দগী মাইককী খোঞ্জেলদা শন্দোরক্লি আজানগী নিংথিরবা সুর। অফিসকী অয়াম্বা মী চাক চাবা চৎনখিরম্মে।

ঐসু চৎলগে হায়না চে-চাং লোইশিন্দুনা ষ্টিল আলমিরাদা হাপচিল্লগা সো পাল্লে। অদুবু কুরাকতুদি পাইবা লৈখিদ্রে। অকোনবদদি খাঙবা ঙম্মক্রদুনা চৎখ্রো হায়বদি হায়ঙমদদুনা—কুরাক, নঙ লৈরম্মু, ঐ চাক চারুখিগে। নঙসু য়ুম তান্না চৎলবদি অঙাংশিংনা ফাবিখিবা তারে—হায়না হায়রে। করিমত্তা খুম্মমদনা তুমিন্না পাইখ্রে মাদি। মানা পাইখিবা মায়কৈ পাংনা য়েংদুনা ঙহাক তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরগা তপ্পা তপ্পা থোরকখি ঐসু।

নুংথিলগী অফিসতা লাক্তুনা চে-চাং পুথোকপতা মঙায়রি। কুরাকতো কদোমদগীনো

পাইরক্কুনা ফম্লরে মাগী হান্নগী মফমদুদা। লম্বী মশাং মাগী ৱাতনি খন্দুনা লাক্লিবা। অদুনা মাবু হেক উবদা খৌরাংলবা কনাগুম্বা'মা উবগুম খরা হরাউখি। অদুবু মাদি হন্নফাউবা য়েংদনা চীং লেম্না হংঙকখি ঐঙোন্দা— 'করিগীনো অসুক থেংঙকইবা?'

-কদাইদা থেংঙকইবনো?-নোকমি নোকমি খুম্মি ঐনা।

-করিগী থেংঙোই? পুঙ অনী মখাইদা নত্রা অফিস? হৌজিক কয়া তারে—পুঙ অহুমদি হেল্লরিনি?

ঐ নোকপা খাম্বা ঙমখিদরে। কন্না নোকথোক্লগা হংঙি—'নত্তে, নঙবু ঐগী অফিসকী বস্রো? মরমগাক থিগৎলকইববু?' মাসু খাঙবা য়ারক্রমাল্লে—হৌনা নোকথোরক্লে। অদুগা হায়রকই-হোয়নে, বসপুদি নত্তেনে। অদুবু ঐ'না লাংতক্লনা ঙাইদুনা লৈহৌরী হায়বসিবু কাউবিরিবা করিগীনো?

'ও? মদুগী ওইরে?'—ঐ অতৈ মখা তাথবা ঙমখিদে। মানা অমুক হায়রকই—'ঙসাই নঙনা শাউবদো চুম্মি—শাউফম থোকই। কুরাকনবু মী ওইবা য়াবরা—থম্মোয় পান্দবী তীল-কাঙ অমনবু নুংশিবা হৈবা হৌনবরা? চুম্মি, অচুম্বমক্লি। অদুগীদমক্তনি ঐনা অমুক কুরাক ওইনিংদ্রিবসু—কুরাক্কী পুন্সি থাদোক্লিংঙিবসু?

ঐনা ঙক্লা হংঙি—করিগী?

'মরম হায়ববু—শা-ঙা-তীল-কাঙদি মীরোল থোক্তে—থম্মোয় পান্দে—নুংশিবা হৈতে। কুরাকতি ফজবা লৈরাং উরগা লৈহিক চুপথোকপিবদা ঙম্মি—লৈরাং পুন্সি মাঙহনবতা ঙম্মি। কবি নঙতৌনা লৈরাংগী ফজববু শিংথাবা ঙমদে—ঙমদে ৱাহৈগী অমৃত মরিক খিকপিদুনা লৈরাং পুন্সিবু অমর ওইহনবা। থম্মোয় পান্দ্রবা কুরাকতি পুন্সিগী অৱানুংঙাইগী ৱারী লিবা ঙমদে—কনাবুসু নুংশিবা ঙমদে। অসিগুম্বা পুন্সি অমা থমদুনা করি কান্নরুগনি? অদুননি ঐনা থৱায় থারগে হায়রিবসে—কুরাক পুন্সিসে মাঙহল্লগে হায়রিবসে।'

খুমফম খঙদে ঐ। অদুবু তপ্না হায়খি—'অদুমক্তদা কাউগনু মালেম অসে য়াম্না নুংশিবনি—মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তমসে য়াম্না নিংথিজবনি। অসিগুম্বাদি নঙ কদাইদসু ফংলোই। অদুনা কনানসু মালেম'সিবু থাদোক্লুনা চৎনিংদবনি।'

'চুম্মি ঐসু চৎনিংদে। চৎনিংদে হায়দুনবু ঐনা থৱায় থানিংলিবনি—কুরাক পুন্সিসে মাঙহন্নিংলিবনি।'

'হায়বদি? ঙক্লা হংখি ঐনা। 'হায়বদি ঐনা থৱায় থারগা অমুক মীওই শক্তম লৌরকখিনি। অদুনা ঐনা শিদ্রিঙৈসিদা মীওইববু নুংশিজনিংলিবনি ঐনা মীওইবগী নাক্তা লৈদুনা—মীওইববু নুংশিজদুনা—মীওইবগী ৱাখলতা খন্দুনা থৱায় থানিংলিবনি।' ঙকচাননা য়েংলিবা ঐগী মিৎস্নাদুদা মিৎফম থমদুনা মানা অমুক হায়রকখি—'ভরত মুনিগী ৱারী তাদ্রিবরা? শজি মচা অমবু নুংশিজদুনা—শজিদুগী ৱাখলতা খন্দুনা থৱায় থাখিবা মুনিনা শজি ওইনা পোকখিবদো? ঐসু, থাজৌ, ঐসু মীওইবগী ৱাখলতা খন্দুনা শিগদৌরিবনি। অমুক মীওই শক্তম লৌরকখিগদৌরিবনি। শোয়দ্রবনি য়েংঙু ঐনা মীওইবা ওইনা পোক্লরগা মহৌশা লাইরেম্বীবু নুংশিজগনি। তিংথৌ মনা অমগীদমক্তা ঙমদ্রবদা ঐনা পিরাং মতুম অমত্তদি কৎচগনি। নুংশিজগনি ঐনা মীওইবা খুদিংবু। য়েংঙু কবি, শোয়দ্রবনি ঐনা মীওই শক্তম লৌরগনি? নঙ, নঙ ঐবু ঙাইরম্মুকো কবি।'

মদু হায়রম্লগা কুরাক অদো ঐঙোন্দা অমুক্তং চিংনা য়েংঙম্লগা তপ্না তপ্না পাইখি। অদুবু—অদুবু মাগী মিৎলুদগী পিরাং মতুম অমা শিন্থখিবরা? নত্রগা ঐগী মীৎয়েং শোয়খিবনরা?

অফিস মতম লোইদুনা য়ুমদা হল্লক্লে। অদুবু কুরাক তুগী ৱাখলনা মতম পুম্বদা

থম্মোয় লাংতক্লহনখি। মাবু মীকুপমতা কাউবা ঙমখিদে।

মথংগী নুমিৎ অফিস কাবদা লম্বী মশাং লাই খুরমখি—ঙসিসু কুরাকতো পাইরক্লবদি ফনিকো।

খন্না খন্না অফিস য়ৌরে। চে-চাং পুথোক্লে। থবকসু হৌগৎলে। অদুবু কুরাকতুদি পাইরকপা লৈখিদ্রে। থবক নাচুংদ্রে। কুরাকতুগী খনবদা অমুক মিহুৎথোংদা য়েংঙি—অমুক থোংজাউদা য়েংঙি—ঙহাকমুক মপালদা থোক্লুনা কোইচৎ চৎলি তৌদুনা লৈরে। অদুবু কুরাকতো লাক্তরে। য়াম্না শুকথনা ইদোমতা চেয়ারদুদা নোন্থরগা ৱাখল খল্লি। খুদক্কুদা ইনাক্কী কাচিনদুদা করিগুম্বা'মা তাবা উদুনা পরপ পরপ চংশিল্লি। অদুবু করিনো অসিদি? মফম মতম কাউখিদুনা খুরু খুদক কুহ্নে পাক্কাদুদা—তপ্না নুংশিজনা খুবাক্তা থাঙ্গৎচরকই থৱায় য়াওদ্রবা কুরাকতুগী হকচাংদুবু। ঙরাংগী মাগী ফমফমদুদা তোংহনগে তৌই—য়াদ্রে। মিৎলুদগী শিন্থরকখি থম্মোয় শোকপা পিরাং মতুম অনী—তপ তপ তাখি পুন্সিগী খপ্নরোইদবা কুরাকতুগী মশা অনী'দুদা।



# মিতু

।অওইবা থৌদোক অমগী মমিদগী— অইবা।।

মিতু, মিতু, কদায়দা চৎলি?

স্বপনখোইদা ঙহাক্ত চৎলুখিগে ইমা— চেন্না চেন্না খুম্মকই মিতু।

য়াংনা হল্লকউকো ইবুংঙো, নঙগী স্কুলগী মতম য়ৌরকলে।

মঙক পৈরপ তৌদুনা 'অ...চ্ছা' হায়রম্মগা চেনখি মিতু।

ঙসি স্কুল তম্মগা মিতুখোইগী স্কুল 'রমজান'গী ছুটি ওইরনি— থা অমা মখাইগী ছুটিনি। ইস্ খল্লবদা মিতু হরাউবনা লৈফম খঙদে। মযুমদা চৎতবা কয়া কুইরবনো। রতন, সজল, অরুনখোই উন্নদবা কয়া কুইরবা। অরুনখোইগী তেনৱা মচাদু চাউরম্মনি। ৱা ঙাংবগাক ঙম্মম্মনি।

স্বপন, হেই স্বপন, হয়েংদি ঐখোয় য়ুম চৎলনি। ঙসি তম্মগা স্কুলসু ছুটি ওইরনি হায়বা। অদুনা বাবাগা ইমাগসু চৎকনি।

স্বপন য়াম্না লুনা তিন্নজবা মরূপতু হয়েং চৎখ্রনি— থা অমা মখাই উন্নররোই তাবদা মমায় মকশিল্লি— হংঙকই অওইবগীরনে?

মিতুদি মাগী হরাউবগী ময়াইনা অদুগী ৱাখলগাক লৈরুদে— খংঙব্রা স্বপন, ঐখোয়দুগা চাউরবা পাৎ অমা লৈ হায়বা। পাৎতুদা থরোসিনা শাৎখিবা ইস। আদা ঐগী মরূপ রতন, সজল, অরুন লৈ। মখোয়গা লোয়ননা লফুগী উঙাম শারে হায়রগনে থরো হেক্কদৌরিবনিদো।

থরোশিংদু হেকঅগা কনানসু চৈদ্রা?

করিগী চৈগদৌরিবা?

নত্তে পাৎতুগী মপু লৈত্রনে? থরোশিংদুবু কৈথেলদা য়োনদ্রাও?

হেরা, থরোবু কৈথেলদা য়োল্লি হায়ব্রা। ঐখোয়গীদু খুঙ্গংনি— নারায়ণগঞ্জ শহর নত্তে। অসিগদবু য়োঞ্জবনি। ঐখোয়দুগদি কনানা কয়া হেক্রা চাগনি। থরোদা নত্তে...হৈগ্রকসু পেন্নামখৈ হেকপা য়াই।

ইস, ঐসু চৎনিংখ্রেবা নখোয়গী খুঙ্গংদুদা, পুবিগদ্রা মিতু?

এ, নঙবু চৎকদ্রনে? চৎশিনা হয়েংমক। নখোয় শহরগী মীশিংসিদি খুঙ্গং হায়রগা য়াম্না তুক্কৎচনা তৌই।

খঙজদেদা মীগী ৱাগাকতি। ঐদি সৈতমক্কী চৎনিংঙিবো। অদুগা হয়েংমক্তি তোকঅসি। হয়েংমুক্কী নঙনা চৎপদা ঐসু শোয়দনা চৎকনিবো নঙগা।

ফরে, অদুগা হন্দক ঐনা লাকপদনে নঙগী উচেক মচা অমা পুবিরক্কনি।

স্বপন ঙক্না হংই— উচেক মচা? কদায়দগী?

এহ্, ঐখোয়দুগদিনে উচেক মচানা থল্লে— ময়না, তেনৱা, চোঙা'মুবী! ফানা ফানা লোয়নরিমিদো।

ইস, অওইবগীরা? করি উচেক পুরক্কনি?

খঙদে, ময়না ফংঙদি ময়না পুরক্কনি। নত্রগা তেনৱা মচা।

শোয়দনা পুরক্কনিকো?

শোয়দনা পুরক্কদৌরিমি।

হয়েং কাউরে হায়না পুরকত্রবদি?

য়েংঙুবা, কয়া ফজবা উচেক মচা পুরকপা। নত্তে, হেই স্বপন স্কুল চৎলোইদ্রা?

হোয়নে, মতম য়ৌরমালে।

স্বপন, নঙ লোইশিল্লগা ঐখোয়রোমদা লাকখৎলকউকো। ঐসু লোয়শিন্দুনা লৈরমগে—হায়রম্মগা মিতু পরপ পরপ চেনখি।

মিতু চহী তরাহুমদোয়রোম শুরবা নিপামচানি। নারায়নগঞ্জ হাই স্কুলগী শ্রেণী তরেৎকী ছাত্র মিতু য়াম্না মবুদ্ধি ফবা ছাত্রনি। ক্লাসকী মকোক ওইরিবা ছাত্রনি। মিতুগী মপা চাউরেন নারায়নগঞ্জ আদমজী জুট মিলগী য়াইমরপ্পা অফিসারনি। অমত্তা পোকচবা মিতু মমা মপাগী থম্মোয়গী মণিনি। মীকুপমতা থানবা য়াদে।

মিতু, মিতু, লোইদ্রিবরা? স্বপন লাকএ।

লোইরে ইমা।

টেট্রনগী অশংবা প্যান্ট অমা শেৎলগা অঙৌবা হাফ শার্ট অমা লিৎতুনা থবাক্তা লাইরিক খরা কোল্লগা পরপ পরপ থোরকই মিতু।

স্কুল ছুটি ওইবগা য়ুমদা চুমদ্রিং লাকউ—মরক্তা পল্লক্কনুকো।

মঙক পৈতক তৌরগা 'অ...চ্ছা' হায়রগা 'বাই বাই' হায়দুনা মখুৎ মচা অনীদু হায়র হায়রদুনা স্বপনগা মখোয় অনী নোক নোকতুনা পরপ পরপ থোকখি।

মমাসু মচানা চৎখিবা লম্বী পাংনা য়েংদুনা নুংশিনা মুরুম মুরুম শোঞ্জহৌই—ওন্থোক্লা ঙাওজখ্রবা অঙাংনিকো।

নুমিৎচুপ্পাদুমা মিতুদি লৈফম খঙখিদ্রে। পিরিওডশিংসি য়াম্না শাংখ্রমালে লোয়বা নাইখিদরে হায়না খল্লকই মিতুনা। লাইরিক তম্বগাক নাচুংদ্রে। করম্বা মতমদা স্কুলগী অরোইবা কাংশি য়ৈরক্কদবা অদুতমক খন্দুনা লৈরে।

য়েংঙি য়েংঙিঙৈদা স্কুলগী অরোইবা কাংশি য়ৈরকলে—স্কুল ছুটি ওইরে। ছাত্র পুম্নমক হরাও তয়াম্না ব্রা ব্রা লাউনা নোক খেরদুনা ক্লাশশিংদগী থোক্লরকলে। মিতুদি রমজানগী থা অমা মখাই'সিমা স্কুলদা লাক্লরোই খল্লবদা পুক্লিং নুংশিরকলে। খুদক্তা মপানসু য়াম্না থোক্লিংঙক্লে। ছুটি ওইরিঙৈ থা অমা মখাই'সিমা স্কুলসিদা অমুক খোঙদাররোই খল্লবগী পুক্লিং নুংশিবগা মপান থোকনিংবগা খঞ্জা-মঞ্জানরবা মিতু মপান থোকখিগে খল্লদুনা বাথরুমদা চঙখ্রে। অদুবু অঙকপদি মপান থোকপা লোয়রদুনা খোঙ হাংদোককে তৌবদা হে'মা য়াদ্রে। মপালদা করিগুম্বা অমনা ফাজিনদুনা থম্বগুম তৌরে। মিতু নোকফেৎ তৌই—মমোন্দা খল্লি শোইদনা স্বপনগী কারবার ওইরিনি।

স্বপন, হেই স্বপন, সে হাংদোকউসে নুংঙায়তে।

অদুবু হন্না হন্না কৌরবমক্তদা কনাসু খুম্মকত্রবদা অমসুং খোং হাংদোকত্রবদা মিতু খরা শাউনিংলকই—শাওরপনা লাওরকই—কনানো, ফাগীগী মতম নত্তে। হাংদোকও শে, চাক লাম্মে।

অদুমক্তদা চেকমোক লাউরকত্রবদা মিতু চিংনরকই অমসুং অকিবা পোক্লকই। মখোল থোক্লা লাউরকই—কনানা খোঙ লোনশিল্লিবনো? ঐ মনুঙদা লৈ—খোঙ হাংদোকও। অদুবু কনামত্তা তাবিখিদ্রে। মিতু কপনিংলকয়ে। লৈজবা পাঙ্গলনা খোঙদা খুদুমনা শুবা হৌরকই। খোঙ মচাদুনা কাওদুনা খোঙজাও অদুবু থুগায়গদগী হোৎনরকই। অদুবু খোঙদুদি লেংবফাও লেংবিদ্রে। মিতু খঙঙে, স্কুলগী দরওয়ান্দুনা ছাত্র লোইনা চৎনখ্রে—কনামত্তা লৈত্রে খন্দুনা শো পানশন্দুনা চৎখ্রে হায়বা। স্কুল ছুটি ওইখ্রবনিনা স্কুলগী লমকোয় মনুঙদা কনা অমত্তা লৈরম্মরোই—থা অমা মখাই'সিগী মনুঙদা কনা অমত্তসু লাক্লরোই। মিতু অতৈ খন্থবা ঙমদ্রে। মখোল থোক্লা কপখৎলকয়ে। অদুবু কপতুনা লৈদুনদি করিসু কান্নফম লৈতে। হিংবগী আশা অমুক উদ্রবসু শিদ্রিফাওবদি হোৎনরগে হায়দুনা অকনবা খোল্লাওদা লাউবা হৌরকলে। লাউরি লাউরিঙৈদা খোন থোক্লকত্রে। চাক লাম্বগী হকচাং চোকথবগা—ওইরিবা ফিভমদুদা থুক্কৎখিবগা মিতুগী হকচাং পুম্বা

*মুশোন শোমুত্রে।* মিতু লেপ্পা ঙম্মকত্রে। মখাদা ফমথরে—ফকলাংদুদা ঙাথরে। *পিরাংতনা থুমহৎলবা মীৎলু অনীদুদা ফাওরক্লে মমাগী শক্তমদো।* মাগী নুংশিজরবী মমাদুনা মাগীদমক মথেল কয়া তৌদুনা ঙাইরিগবা খল্লুবদা হৌজিক্তা খকখিবা পিরাং অমুক্কা লিরি নাইনা শিন্থবা হৌরকলে। মমাগী ওইরমগদবা ফিভম খল্লুবদা মিতু মশাগী অরাবা, পুম্বা কাউখরে। হৌজিকমক পাইদুনা চৎনিংঙে মচা হল্লক্কনি হায়না লম্বী পাংনা য়েংদুনা ঙাইজরিবী মমাগী তম্পাকতুদা। অদুবু ওন্থোকপনি—মাদি বন্দী ওইরে নোংদমথীবা বিধিগী নুংশি হৈত্রবা নোংদমগী শারংদা।

খরা খরা তৌদুনা নুমিৎ তারকলে...মমশিল্লকলে মাইকৈ'পুম্বা। পুন্সিগী মমাগা নত্তনা তোঙান্না হিপচরকতবা মিতু অমম্বা নুমিদাংসি মশা মতোমতা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা শুক্লবা মফমসিদা লেনবা তারবোইকো খল্লুবদা কিবনা মশা তনিক তনিকলে। মখোল থোক্লা কপ্পাফাওবা কিবনা হিক্লা হিক্লা কপ্লে মিতু। 'ইমা ও ইমা, নঙবু কদাইনো? মীকুপমতং উদবদা কোইথি থীবা নচাবু অসুক মমখ্রবা অহিঙ'সিদা শুক্লবা মফম'সিদা ইতোমতা লেল্লু হায়না লংথোকপিরব্রাও? ইমা, নঙবু কাউরব্রনে ঐ ঙসি নুমিৎ'সিগী চাক চখোম অমা ফাওবা চাদ্রি হায়বা। চাক পিজররোইদ্রা ঐবু...চাক লাম্বনা লোইরেনে ইমা'।

মখা খন্থবা ঙমদ্রে। কপ্পতনা মথৌদাং ওইনা তোকলে। কপ্পতনা মপুম থিৎলদুনা ৱাথরকলে...তুমনিংলক্লে। অদুবু তুমগদবসু কিরে। খুদক্তুদা মাইক্কী মখোল অমা তাবা ফংঙে। মিতু মাইকতা মীগী মখোল তাবদা পুক্নিং খরা চাওখৎচৈ। থল্লি—পৃথিবীসিদা মী হায়বা জাৎতু লৈদি লৈরিবোইরে। মাইকতা তোইনা তোইনা লাউরকই—'লাউথোকচবা —নারায়নগঞ্জ হাই স্কুলগী শ্রেণী তরেৎকী ছাত্র চহী তরাহুমদোয়গী নিপামচা মিতু ঙসি স্কুল ছুটি ওইখিবা মতুঙদগী থিবা ফংদ্রে। হকচাংগী কুচু পাল্লি। টেট্রনগী অশংবা প্যান্ট অমা শেৎলি অমসুং অঙৌবা হাফ শার্ট অমা লিৎলি। কনাগুম্বা নুংশিহৈবা ইবুংঙো ইবেম্মনা অঙাং'সিগী পাউ খঙবিরবদি তঙাইফদনা খুদক্তা চাউরেন, বঙ্গবন্ধু সড়ক, নারায়নগঞ্জ ঠিকানাসিদা খঙহনবিরকউ। মদুগীদমক মতিকচাবা তৌবীমল খঙবা উৎচগনি।'

মাইকতুনা স্কুল মপা য়ৌরকপদা মিতু লৈজবা পাঙ্গলনা থোঙ কাওবা হৌরকই অমসুং খোন থানা লাউরকই—ঐ মিতু অসিদা লৈয়ে। ঐবু কল্লো লাও।

অদুবু মাইকতুদি মিতুগী খোল্লাও তাদবনিনা খরা খরা লাপথোকখিদুনা মখোল অতৈ তাখিদ্রে। মিতুগী পুক্নিং পুমহন হন্থখরে। অমম্বা অহিংগী মেরুদা মৈগী পিক্লবা মৈরিক অমা উরম্বা'দুফাওবা মুৎখিবদুদা মিতু পুন্সিগী আশা'পুম্বা থাদোক্লে। লেপ্পা ঙম্মকত্রে...মকোক লৈরক্লে... মমীৎ মমশিল্লক্লে— জ্ঞান মাংদুনা হাইথখ্রে মিতু।

মিতুনা জ্ঞান তারকপদা নোংঙাল্লম্মে। নুংশিৎ চঙক্লবা থম্বা অহোবা মচা অদুদা নুমিৎকী মঙাল ফাওরক্লে। অদুবু মিতুদি হৌগৎকে হোৎনদুনসু ঙমদ্রে। অরাম খৌরাংবনা পৎ তৎলে। মানা য়েংবদা বদনাদা ঈশিং খজিক্তং য়াওরম্মে। থাঙ্গৎতুনা গৎ গৎ থক্তোকয়ে। চাক লাম্বগীময়াইনা খাঙবা ঙম্মকত্রদুনা লাইরিক শিংবু মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা চাবা হৌরকলে।

মীওইবগী পুন্সিসে পাংখোকলাদা তুংবা লিক্লাগুম তনিক তনিক্লবসু শিগে হায়রগা ইনিংতম্না হেক য়াদবনিনা মিতুসু ঙসি নুমিৎ হুমনি শুরক্লে মফমসিদা বন্দী ওইদুনা লৈরক্লিবা। অদুবু অতৈ খাঙবা ঙম্মকত্রে। মখুত্তা পায়রিবা পেনসিলদুনা অঙৌবা ফক্লাংদুদা তপ্না তপ্না ইবা হৌরকলে—'ইমা, ঙসি নুমিৎ হুমনি শুরকলে বাথরুমগী বদনাদা লৈরম্বা ইশিং থকতুনা অমসুং লাইরিক চাদুনা লেল্লকইবা। অদুবু ঙসিদি ইশিংসু

লোইখরে ইমা। ইশিং খৌরাংবনা খৌনাও পুম্বা খরক খরক কংখরে। ঐগী নুংশিজরবী ইমা নঙবু ইমা হায়না কৌবাফাও থোকলকত্রেনে ইমা। ইমা নঙনা মাইকতা লাইথোকহন্ন'পুম্বা ঐ লোইনা তাইদো। অদুবু মঙলাক্লরবা মী-না উনা উনা কৌবা ঙমদবগুম ঐসু তানা তানা খুম্বা ঙমহৌদেনে ইমা।

রাখল খজিক্তুং খল্লুবদা মকোক লৈখিদুনা অমুক্কা রাম্ভখ্রে মিতু। মিতু নিতিগী নুমিৎ কয়া লেনখ্রবা মশীং থী। অমম্বনা কুপহৎখ্রবা মাগী পুন্সিদা আশাগী পিক্লবা মৈঙাল মরিকমত্তা ফংনিংখিবনা মিতু থা অমা মখাই করম্বা মতমদা ফাগদবা করম্বা মতমদা ছুটি লোয়খিদুনা স্কুল হাংদোক্লগদবা খন্দুনা রানা রানা আশাগী হিনাও তোংদুনা মীকুপ নাহুম অমম্মম লেল্লি। অদুবু ঙসিদি মিতু শোর হোনবা রাশল্লকয়ে। মাগী খুইজিল্লবা মিৎলু অনীদগী উন শৌদোকপা ইশিংগুম শিন্থরক্লে মাগী চাকথেক্লবা আত্মাগী থম্মোয় শোক্লবা মিরাওখোল। মিতু তনিক তনিক্লবা খুজেং মচাদুনা মাগী নুংশিজরবা পেন্সিলদু তপ্পা পায়খৎচরে—নুংশিনা চিংনা চিংনা য়েংজরে। তপ্পা তপ্পা ফক্লাংদা ইবা হৌরকই—'ইমা, ঙসি তরেৎনি শুরে। ঐ অতৈ ঙম্মকত্রে ইমা, কনাগীসু মরাল লৈতে ইমা—ঐগী লাইবক্নি। ইমা নঙবু অমুক্তদি উজনিংখ্রেবা। ইমা নঙনা ইনবিবা চাকতু চখোম'মতং চানিংখ্রেবা ইমা। আঃ ইমা...

মিতুগী মশা'পুম্বা লেকথরক্লে—হাইথখ্রে লৈমায়দা-

থা অমা মখাই মতুঙদা স্কুল ছুটি লোয়দুনা দররান্দুনা স্কুলগী থোঙ'পুম্বা হাংদোক্লবদা পিঞ্জিরা থাদোক্লবা তেনবা মচাগুম পাইদুনা লৈরম্বা মিতুদি পিক্লবা মশাগী শউম পিরমদুনা শাখপ তোইনা পাইখ্রে মপাল নাইদ্রবা অতিয়া তম্না।

মিতুগী মমাদি তাঞ্জা'দুদা অঙাওবীগী মতৌগুম মশম মনা ইফা ফাখে রিক্সা'মদা ঙাদুনা স্কুলগী গেটতুদা লেপ্পগা খৌরাংনা য়েংজরি পরেং পরেং স্কুল কারকলিবা ছাত্রশিংদুবু মাগী থম্মোয়গী মণি মিতু য়াওরক্লমগদ্রা হায়বগী আশাদা। অদুগা স্বপনদি ছাত্র পুম্নমকপু লাংতক্নরা হংজরি কনা অমত্তনা মাগী মরূপ মিতুবু উরম্বরা হায়দুনা।



# লৈফনেক

নুমিৎতুসু অতৈ নুমিৎ কয়াগুম্না ইচম চম্বা নুমিৎ'মা ওইরম্মি। থাবল্লে মহৌশাগুম অয়ুক পুঙ তরুক তাবদা তহো তহো হৌগৎতুনা মপুরোইবগী ওফিস কাবা নংননবা তহা তহা চাক থোংজৈ। অমা ইরোনশল্লগা অঙৌবা মথেল অমা পরপ পরপ হোৎনজৈ। ফ্রিজতগী ঙরাং নুমিদাং খাকলম্বা ঙা থোংবদু পুথোকতুনা গ্যাস চুলাদা শাহল্লি। 'ডাবল চুলা' ওইবনা চাক থোংবদি য়াম্না য়াংঙি—তৌবগীদি মহৌশাদগীসু থাবল্লেদি চাক থোংবা য়াঙবদা মমিং চৎচরিবনি। পুঙ তরেৎ তাবদা চাবা থকপা লোইদুনা ওফিস কাখ্রে তোলেন—থাবল্লেগী মপুরোইবা। ফমুংদা নিঙাইদনা তুমখুন তাল্লি থাবল্লেগী অমত্তা ঙাইজরিবী মমোম লিক্লা। তৌনিঙায় করিসু লৈতবনা মনাক্তা চংশিন্দুনা হিপথৈ থাবল্লেসু। ওলাংথাগী মতমনিনা পুঙ মরীদনা নোংঙাল্লবনি। হৌজিক পুঙ তরেৎতা তারবসু নুমিৎতি আ'কাখ্রবনি। অদুবু অথাবা য়ূখলনা খনজিনবনা নুমিদাংগুম মমজি মমজিনরি'দুম ইমুঙদো।

থাবল্লে তূম্বা য়াদে। থম্মোয়গী চে-না হাইদোক্নুনা হৌখ্রবা মতমগী পন্দুপ কয়া য়েংবা হৌরকখি—চিংথোকপা হৌরকখি নিংশিংবগী লংলা লংজিন কয়া কয়া। থাবল্লেগী মপুরোইবা তোলেন সরকারগী ফম্নাইবা অমনি। সরকারগী থবক অমদা চহী অহুমগী পোষ্টিং ফংদুনা লন্ডনদা লাকপনি। লাক্লমদায় মতমদা মরূপ-মপিজা, নুংশি-চানবীবা কয়াদংনা থম্মোয়গী শেংল য়াইফা ৱাহে কয়াদংগা লোয়ননা বিদায় পিরকখিবা, লন্ডন চৎকনি হায়বগী হরাও-তুজুংবগী নুংঙাইবা মরক্তসু পোক্লফম লমদমদগী মতম খরনি কায়নরগনি হায়বগী অৱা-মৈশা, পুন্সিগী ওইনা অহানবা প্লেন তোংবা, হিথ্রো এয়ারপোর্টতা নুমিদাং পুঙ তরামাথোইদা কুমথরক্লগা লৈবাক মখাদা চেনবা পিকাডেলী লাইনগী পাতাল রেলদা তোংদুনা অৱাং লন্ডনগী হেরিংগে কাউন্সিলগী মনুঙ চনবা টারনপাইক ষ্টেশনদা কূমদুনা লৈফমদা থুংঙবা—পুম্নমক থাবল্লেগী নিংশিংবগী সেলুলয়েডতা মথং মথং ওইনা ফাউরকখি। হিথ্রোদা কুমথরকপদগী উখিবা পুম্নমক অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তা ওইনা থোকখি মঙোন্দা। চহী অনী ফারক্লবনি থাবল্লেখোয়না লন্ডনদা লৈরক্লিবসে। অহানবদদি লোন থোক্লমদে—লম্বী লমখাং খংঙমদে। থাবল্লে মতোমতা য়ূমদগী খোঙথাংমত্তা থোকপা ঙম্নমদে। অদুবু হৌজিকতি ইচং থৌরে। মচানুপী লিক্লাবু স্কুলদা থিনবা, অনকপা দোকানদগী পোৎচৈ লৈবা নত্রগা য়াম্না লাপ্তনা লৈবা উডগ্রীন শপিং সেন্টারদা চৎতুনা শপিং তৌবদা কনাগীসু মতেং চঙদ্রে। লোনসু খরা খরদি মথোরক্লে। মপুরোইবগী ৱাসু নিংশিংলকই থাবল্লে। পুঙ মাপলদগীনা নুংথিল পুঙ মঙাফাউবনি মাগী ওফিস। অদুবু লৈফমদগী ওফিস য়াম্না লাপ্পনা খরা মতম চংঙি—পুঙ তরেৎতগী খোঙ শানবা তায়। হল্লকপদসু'দুমঙায়। নুংথিল পুঙ মঙাদগী থোরক্লবসু য়ূম য়ৌরকপদা নুমিদাংগী পুঙ তরেৎ মখাইরোম হেক্তা তাখি। ওলাংথাসিদদি থোয়না ৱানিঙায় লৈতে—নুমিদাংগী পুঙ মাপলফাউবা নুমিৎকী মঙাল লৈ। অৱাবদি ইংথম থাদনি। ইংথম থাগী নুমিৎতি অয়ুক্কী পুঙ নিপাল মখায় তাদ্রিফাউবা থোরক্তে—অমুকসু নুংথিলগী পুঙ মরী তাবদনা অমম্বগী ফিজং হাইথরকই। অদুনা তোলেনদি নোং ঙান্দ্রিঙৈনা ওফিস কাবা তায়—পুংজাগী য়েংঙুরগা অয়ুক্কী পুঙ তরেৎ তারবসু; অমুকসু নুংথিলগী পুঙ মঙা তাবদা ওফিস লোইরবসু পুঙ মরীদনা নুমিৎ তাখিবনা য়ূম য়ৌরকই-য়ৌরকইঙৈদা অথেংবা অহিং ওইখি। লন্ডনদা লাকঙৈগী থাবল্লেনা খৱাইদগী নুংঙাইজরিবসি তোলেনগী ওফিস চয়োলদা নুমিৎ নিনি ছুটি লৈবসিনি। থাংজা নুমিৎসি শপিং তৌবা অমসুং ইমুঙ মনুঙগী অতৈ অতৈ থবক কয়াদা লেল্লবসু নোংমাইজীং

*নুমিৎ'সিমদি ফ্রি-দা কোয়বা য়াই। লিক্লাবু পুদুনা তোলেন অমসুং থাবল্লে নোংমাইজীং খুদিংগী কোয়বা চৎলি। কোয়ফমগীসু অৱাৎপা লৈতে—মাদাম তুসো মিউজিয়ামদা মালেমসিগী অফাউবা মী ময়ামগী মোমনা শাবা মূর্তিশিং য়েংবা; মালেমসিগী খৱাইদগী* চাউবা বোটানিক্যাল গার্ডেন—*কিউ গার্ডেন, জাৎ জাৎকী উপাম্বীশিংনি হৌরিবা; রানীগী* প্রাসাদ—বাকিংহাম প্যালেস নত্রগা পার্লামেন্ট স্কোয়ার; মালেম ফাউনা *শিংথানরিবা* থুপচিনবা য়াবা থোং—টাউয়ার ব্রীজ; টেমস্ তুরেলগী মখা হুৎনা চৎলিবা খোঙনা লানবা য়াবা টানেল; গ্রীনউইচ-মিন-টাইম হায়না খঙনরিবা মতমগী চাং লেপ্পিবা—গ্রীণউইচ ওবজারভেটরী; লন্ডন মিউজিয়াম; ট্রাফালগার স্কোয়ার। নোংফাদোক্লা অনকপা পার্কতা ফমদুনা প্রকৃতিগী ফজবা শক্তম য়েংদুনসু মতম লেহ্নোকই—চহী মরীতা শুরিবী লিক্লাদি হরাওনা শান্নে মমান্নবী কয়াগা দোল হায়দুনা নত্রগা নাহুবী শান্নদুনা; অদুগা তোলেন-থাবল্লেনা পার্ককী চিদাই অমদা নূংগী বেঞ্চ মথক্তা ফমদুনা নিংশিংলি হৌখ্রবা মতমগী পন্দুপ কয়া—নিংশিংবগী মশা শাখপ তোয়না খপ্তুনা মিকুপ্তা পাইদুনা চৎলি মমা লমদমগী নুংশি মশাইগোন্দা, লুপ্লি লুপ্লিরবা থম্মোয়গী ৱাকৈ হিনাউ হোল্লি নষ্টালজিয়াগী সমদ্রুদা। থাবল্লেগী মিৎলুদগী পিরাং মরিকমত্তং তুমিন্না শিন্থখিরম্মি নিঙাইদনা তুমখুন তাল্লিবা লিক্লাগী মরাইবক্তা। ইন্নাফি মচীদুনা তপ্না তৈথোকপিরগা মুন্না য়েংজে লিক্লাগী মায়থোংদা। অঙাং ওইবগী পুন্সিসে কয়াদা নুংঙাইখ্রবনো। সংসারগী অৱা-মৈশা লাংদ্রিবা—নুংঙাইবগী শংবানরবা আতিয়াদা লশিং মফোনগুম কোইপাই পাইদুনা লৈরিবা অঙাংগী পুন্সিনি। থাবল্লেনা খল্লি—লিক্লাসিবু হৌদোক্লসিরা। অদুবু অমুকসু খল্লি—মাগী স্কুলগী মতমদি য়ান্না ৱাৎলি—অসুক ঙন্না হৌদোকউদুনা কৈদৌনি, ঙহাক তুমজখিসনু। মচাবু য়েংনা য়েংনা থাবল্লে অমুক মাগী মঙলানগী জগৎতা খোঙদোয় হুনখি। নিংশিংলকখি সমদ্রু মপানদা কোয়বগী নুংঙাইরবা নুমিৎশিংদো। বোর্নমাউথ, ইষ্ট এন্ড, ব্রাইটন—প্রকৃতিগী নিংথিরবা খুৎশেমগী মথক্তা মীওইবগী ৱাখল অমসুং থোপকী মঙালনা লৈতেং ওইদুনা শেম্বা থম্মোয় হুনিঙায় ওইরবা সী-সাইডশিংনি। মশীং থিঙমদবা লমকোয়বশিংনা বোর্নমাউথকী লৈঙোই চরদা—ব্রাইটনগী নুংগোয় মরক্তা অমসুং ইষ্ট এন্ড গী সমদ্রু ময়াইরোমদা শন্দোকখিবা থোং—'পিয়ের' গী মথক্তা কোয়রি—ওনথোইদুনা শান্নরি। শেক্সপীয়ারগী পোকফম শহর ষ্ট্রাটফোর্ড আপন এভনদসু কোয়রুই নোংমা—অথোইবা কবি'দুগী ফোং ফোং শারবা স্মৃতিগী মরূদ্যানদুদা ঙহাক পোত্থারুই তোলেন অমসুং থাবল্লেগী লাংতক্লরবা থম্মোয়না। অদুবু থাবল্লেগী থম্মোয়দা নিংঙমদবা অমদি'সুম লৈ—মদুদি অসুক চাউরবা লন্ডন শহরসিদা মৈতৈ নত্রগা মৈতৈ লোন ঙাঙবা অতৈ কনামত্তা লৈতবসিনি। অহান-অহানবদদি তোলেন অমসুং থাবল্লেনা মৈতৈ শক মানবা মঙ্গোলীয়ান শাগৈগী কনাগুম্বা'মা উবগা মৈতৈ ওইরিদবোই খন্দুনা মনাক নকশিল্লগা কন্না কন্না মৈতৈ লোন্না ৱারী শান্নরম্মি অমসুং মৈতৈ ওইরবদি শোয়দনা হন্না য়েংঙক্কনিকো খন্দুনা লোন্না লোন্না চিংনা য়েংজরম্মি। অদুবু, লাইবকথীবদি—কনামত্তনা হন্না য়েংবিরকখিদে। ইমা, ইমালোন অমসুং ইমা লমদমসে কয়াম্না নুংশি হায়বসে মপাল থোক্লগতা—থাপ্না লৈরগতা মমুৎ তানা খঙবা ঙম্মি। মায়থোং হঞ্জিন্দুনা তুমিন্না থোরকখি তোলেন-থাবল্লে। অদুগুম্বা থৌদোক কয়াদংবু নিংশিংলুরগা কোন্না মখোয় অনী অমগা অমগা য়েংনরগা পংনোক্তমক নোকই। মতমদুগী ৱা নিংশিংলুরগা নোকফেৎ তৌখিবা খঙহৌদে থাবল্লে।

-কৈদৌরে ইমা নোকইবদি?

খঙপ্রেক খংঙি থাবল্লে। ৱাখলগী মঙলানদা তাউরিঙৈদো মচানুপী লিক্লা মিকপ থোরকপা খঙহৌদে। খরা চনিং তাথরগা খুম্মি—করিসু নত্তেদা ইবেম্মা, অসুমতা

নোকইবনি।

- অসুমতবু নোকপা য়াবরো ইমা?

- ও: ফরে ফরে হৈশিংবি। হৌগৎলো সে, নঙগী স্কুল কাবগী মতম য়ৌদৌরে।

নোক্না নোক্না মচাবু পমদুনা বাথরুম তান্না পুবি। মমায় মমিৎ তাথোকহল্লগা চরা ৱালহল্লে। মদুদগী তপ্না তপ্না ফিরোন শেৎপীদুনা লোইশিল্লে। মতমগী ঈচেলদি লেপ্তনা চেনবনিনা স্কুলগী পুংয়া য়ৌখিরম্মে। থাবল্লে মচানুপী পুদুনা স্কুলদা থিনজিনবিরম্মি। থম্বাল লৈখোক মচুগী লৈফনেক অমা শেৎলে—অঙাংবা ব্লাউজ অমসুং লৈফনেক মচুগা চুনবা মোইরাংকাবী ইন্নাফি অমা ইল্লি থাবল্লে। লিক্লাগী স্কুল য়াম্না নকই—খোঙনা চৎপদা মিনিট মঙাগী লম্বীতনি। মাবু স্কুলদা থিনজিনলম্মগা থাবল্লে ট্রলি ব্যাগতু ইন্দুনা শপিংদা চৎলি। য়াম্না লাপ্‌তে—টারনপাইক আন্ডারগ্রাউন্ড ষ্টেশনগী মনাক্তা লৈবা ডিপার্টমেন্টাল ষ্টোরদা চঙদুনা চানা-থক্নবা পোৎচৈ পুম্নমক লৈরে। থোরকপদা ম্যাকডোনাল্ডসতগী চীজ বার্গার গা পটেটো চিপ্‌স কা লৈবিরকই—লিক্লানা য়াম্না পামই। বাজারগী পোৎ চৈশিংসি বাসাদা থিনজিল্লম্মগা অমুক মচানুপীবু লৌবা চৎকদবনি স্কুলদা—খন্না খন্না লম্বী চৎলি থাবল্লে। তুংদা কনাগুম্বা'মা লাকপগী মখোল তাবদা ফিংলপ্না মায়কৈ'মদা থৈদোক্লুনা লম্বী থাই। অদুবু মমায় কোইরাওনবা মনাতোন পাকপা মঙ্গোলিয়ান শাগৈগী নিপা অদুদি 'এক্সকিউজ মি' হায়না থাবল্লেগী মাঙদা চপ লেপ্লে। খংপ্রেক খংনা লেপ্লি থাবল্লেসু। মীয়াই চল্লবা নিপাদুনা ইংরেজীনা হংঙকই—'আর ইউ মণিপুরী?'

অকি অখংননা থাবল্লেসু মঙকতু কন্না নোমদুনা খুমখি—'ইয়েস।'

ঙহাক ঙকচানবগুম তৌই নিপাদো। মদুদগী শেংলবা মৈতৈলোন্দা মখা তাথরকখি—'আ: ইবেম্মা, কদাইদগী ওইবিরবনো?' হরাও নুংশি য়ানবগী নৌথখিবনা নিপাদো পাকথরকপগুম তৌই—মাগী নোন্থরকপা মকোকতো লৈপাক খেৎকদগুম মাল্লি। হরাও তুজুংখিবনা থাবল্লেদি লৱাই লুতোন শাৎখি। য়াম্না ৱানা খুমখি—'তামো, ঐদি বাংলাদেশতগীনি।

থাবল্লেখোয় কনা কনা লাকপনো, করিগী লাকপনো, কয়া কুইরবগে—পুম্নমক মথংশিৎনা খঙদোকই নিপাদুনা। মানা হায়রকখি—'ইচল ইবেম্মা, ঐনা নঙবু লম্বীসিদা চৎপসে হেক হেক উই। মৈতৈ য়াম্না মাল্লিকো হায়না খল্লবসু অসুক কুইবদি শাড়ী শেৎপদতা থেংনবনিনা অরেপ্পা খঙদদুনা কৌবা ঙমদবনি। ঙসিদি ফনেক ময়েক নাইবী শেৎপা উবদা মৈতৈনি হায়বসে তশেংননা খংঙে। মরমদি শক মান্নবা য়াই অদুবু ফনেক ময়েক নাইবীদি মৈতৈ নত্তনা অতৈ জাতি অমত্তনা শেৎপা লৈতে। ইচল ইবেম্মা, ওন্থোক্লদি নুংঙাইখ্রেদকো নঙগা খঙনবসে। মৈতৈ নুপীগী ময়েক নাইবী ফনেক না ঙসি ঐখোয়বু শক খঙনহনবনি।'

ফুরিৎ খাউর্দগী চে মচেৎ'মগা কলমগা পুথোক্লুনা করিনো'মা ইনা ইনা হায়—'ঐদি মণিপুরগীনি। অদুবু মৈতৈমক্তি নত্তে—কোম শাগৈগীনি। ইমিংনা তেলিয়েন কৌই—পি.কে তেলিয়েন।' মদুদগী চে'দু থাবল্লেদা পীনা পীনা হায়—'সে ইবেম্মা, ঐগী মিং অমসুং টেলিফোন নম্বরনি। নঙগী নিপাদো হোরেল ওফিসতগী হল্লকপগা ঐগী নাম্বারসিদা অমুক্তং টেলিফোন তৌবিরকউ হায়য়ু। লম্বীদা লেপ্তুনা ৱারী শান্নবসে ফজদ্রে। হোরেল টেলিফোননা নিংথিনা ঙাংনরসি। অদুদি ঐ য়ৌরগেকো—কোন্না উন্নরসি'—হায়রম্মগা নিপাদো পরপ পরপ চৎখ্রে। থাবল্লেদি ভূত ওক্লরবা মীগুম ইপঙ পঙনা তঙক তঙকতমক য়েংদুনা লৈহৌরি। থাবল্লেনা নিংশিংলকই কবি'মগী ৱাহৈ—'ঐগী ইমালোননা ঐগী ইমা লমদমনি।' মমা লমদমদগী তাম্না অথাপ্পা মীরমদমদা লৈরিবা

থাবল্লেসু মমালোনগী খোয়থুম্নবা রাহৈ খরদং তারুবদা শুঙ্কৎখিদুনা মানা হৌজিক লৈরিবসে লন্ডন শহরনি হায়বা কাউখি—মাগী পোক্লফম লমদম শংবানরবা বাংলাগী সিলেট শহরনি হায়না খনখি; অদুগা মানা হৌজিক লেপ্লিবা ওয়েষ্ট গ্রীণ রোডসিনা সিলেটকী লামাবাজার সোড়োক ওইনা উখি। থাবল্লে চিংনা চিংনা য়েংজখি মানা শেৎলিবা লৈফনেকতুবু—পিরাং মতুম অনীখক্লা মিৎলু অনীদগী শিন্নদগী ঙাইদুনা লৈখি।



# হুরান্বা

হুরান্বা - হুরান্বা -- হুরান্বা---।

অপূন্না খোল্লাউ'মদা নুংথিলগী নুংঙাইনা তুমজবা কাইখিবদা উইরুম উইরুম তৌবা মিৎ নোইনা নোইনা মপান্দা থোরকই—উবা ফংঙি যূমগী মমাঙদা লৈবা পুখ্রী মচাদুগী মপান্দা মী-না ফিঙৌ ফৌরম্বদো। হ্যাঙ্গারদগী লৌথোক্লগা ফুরিৎতু লিৎশিন লিৎশিন্না খোংলৈ থুনা চংশিল্লি মীয়াম পাংনা। ঐনা হংঙুবদা কনানো'মনা খুম্মকই—নুংথিল পোপ-পোপসিদবু হুরান্বা'মনা শহরগী ময়াইমক্তদা লৈবা সিনেমা হোল রোডকী দোকান অমদগী ঘড়ি অমা হুরান্দুনা চেল্লকখি। ময়াম্মা তান্নরকপদা উপাই লৈত্রদুনা হিংননবগীদমক্তা ফেনানা থল্লবা অমনবা পুখ্রী মচাসিদা চোংথখ্রে। ময়াম চঙনা থিদুনসু ফংদ্রে হুরান্বদুবু। থরায় য়াউবা মীয়াম্মা পুখ্রীগী ফেনাশিংদো অমমম তৌদুনা শেংদোক্লগা হুরান্বদুবু মশা শাগন লাক্লুনা চিংখৎলক্লে। মদুদগীদি ময়াম চংনা থীনা ফুবিরে। শরু শয়াংগাক তোইররিনি। অমত্তা চিখদনা লৈরিবা মী পুম্নমক্না য়াম্না নিপা থোকপা শারনা চংশিন চংশিনদুনা ফুবিখি হুরান্বদুবু। কনামত্তনা থিংবা লৈখিদে—কনামত্তনা কৈসু হায়খিদে। অকোন্বদা চৈ চামন্দুনা শিরুম নারুম শারবা তাঙ্গা'দুদতা ফুবা লেপ্লে।

অদুদগীদি হুরান্বা য়েংবগী কূম্মৈ হৌরে। হুরান্বদুদি ইহিং নাহিং শাখৈ তাদুনা লৈরে তুম্বক তাশিন্দুনা। অদুগা খুল্লক্তুগী অহল-নহা-অঙাংদি অমত্তা খাক্তনা পরেং পরেং লাক্লরক্লে হুরান্বা য়েংবগীদমক। ময়ামদুগী মরক্তা নিপা অমসু য়াউরক্লম্মি পিক্ল মমোম্ব পুদুনা। চহী নিপাল/মাপলরোম শুরবী নুপীমচা'দুগী মীৎয়েংদা হুরান্বা য়েংবগীদমক কয়াদা লাংতক্লবা—কয়াদা খৌরাংবনো মাগী মাইথোংদা! হুরান্বা হায়বদো করিনো—করম্বা মওংগী জীবনো—অসিগুম্বা ৱাহং কয়াদংনা লাংতক্লহল্লম্মি মাগী তনৌরবী থম্মোয়দুবু।

তথক্লবা মীৎয়েংদা অঙাংদুনা মপাবুংদা হংজে—পাবুং, পাবুং, হুরান্বা হায়বদো কদায়নো? হুরান্বদি উসু উদে।

অঙাংদুগী লাংতক্লবা উবদা মপা'দুনা মাবু মরেংবানদা থাঙ্গৎলগা উফূল-ৱাফূল মরক্তা ঈ-নাই তৈদুনা ওঙ্খোইরিবা হুরান্বদুবু য়েংহন্দুনা হায়রকই—তু আদগীসিনি হুরান্বা হায়বদো।

পিক্লিবা অঙাং'দুগী মমিৎ অনীদুদা নিঙবা কায়বগী ফিজং অমা হায়থরকখি। থাজদবা অমসুং থৌওইদবা'মগা লোয়ননা অঙাং'দুগী খোঙ্খোকতগী থোরকখি মাগী পঙলবা থম্মোয়গী চম্নবা ৱাহং—হুরান্বা কদাইনো পাবুং? অসিদি মী-নিনা!

মচানুপীগী য়াম্না চম্নবা ৱাহংদুগী পাউখুম পিবদা নুংশিহৈরবা মপা অমসুং তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক্কী খোঙ্খোক্তগী তুমিন্না চিকমাঙনখি ৱাহৈ পুম্নমক।

# মিংশেল

ঐগী শক-কে কা'দা হায়ফেৎ চাউবা শকয়েং মিংশেল অমা খিল্লি—মমাঙদা চপ হেক লেপ্পদা খোঙদগী তোন্ ফাউবা পুল্লপ অমুক্তদা উবা ফংঙি। ইপা-ইপুনা শিজিন্নরম্বা মিংশেল খোঙনাইবীদো অহল ওইরকপগী শক থিজিল্লকপদুদা পাম্মক্ত্রদুনা ইচানুপীনা কন্না তক্পদগী ঙরাংতা মমল য়াম্না তাঙনা বেলজিয়াম গ্লাসকী মিংশেল অচৌব'সি লৈবনি।

অদুবু, অৱাবদি—ঙসি অয়ুকতো ওফিস কারমদাইগী তহা তহা শক য়েংগে হায়না মিংশেল'দুগী মমাঙদা লেপ্পুবদা মিংশেলগী মনুঙদা ঐগী শক নত্তনা অতোপ্পা শক্কী মমি অমা তারমখি। ঐনা য়াম্না ঙক্লা তুং হন্না য়েংঙি—ওয়দা য়েৎতা: অদুবু কনামত্তা লৈরমদে কা'দুদা। ঐনা মিংশেলদা অমুক য়েংঙি। অদুবু অঙকপদি—মিংশেলদা, ঐগী নত্তে, শক খঙদবা নিপা অমগী মমি তারম্মি। ঐ চিংনরকই—ঐসিবু ঐ নত্রা? ঐগী খুৎসি ঐগী নত্রবরা? ঐগী নাতোন. নাকোং, চিম্বাল'সিধু ঐগী অমুক ওইদ্রবরা? ঐনা ঐগী নাতোন পায়—মিংশেলগী মমিদুসু মাগী নাতোন পায়। ঐনা ঐগী নাকোং পায়—চিম্বালদা শোকই; মাসু মাগী নাকোং পায়—মচিম্বাল শোকই। ঐ শাওনিংঙকই। হংঙি—'নঙ কনানো? করম্বা ফাগীনো তৌরিবসে?' মাসু মচিম্বালদু কাংলপ তৌদুনা হংঙকপগুম তৌই ঐঙোন্দা—'নঙ কনানো? করম্বা ফাগীনো তৌরিবসে?' ঐ তু খ্যাও চুংঙি—কিশিল্লকই। নত্তে, ঐবু ভূতকাক ওক্লরব্রা করিনো?

প্রপ প্রপ চেহ্নোরকই কা'দুদগী। চাখুমগী থংনবা কা'দা থওইদনা লংথোক্তুনা থম্লিবা মৈতৈগী খোঙনাইবী মিংশেলদো থিদুনা পুথোকচরকই। খুদৈনা ফর্ ফর কহ্নোক্লগা চিংনরপ্পা য়েংজে মিংশেল'দুদা।

'এ: মসিদি ঐনিনা।' ঐনা মিংশেল'দুদা তারিবা ঐগী ইমি'দুবু হরাওনা য়েংজে। নাতোন পায়—শম পায়দুনা চিংঙি—চিম্বালদা নাল্লি। মানি—মসিদি ঐনি; চিংননিঙায় লৈতে ঐনি। মিংশেলদা তারিবা মমিসে ঐগীনি। অদুগা ঙসাইগী'দুদি? ঐ জ্ঞান তারকতে—ফুম্বংনরকই। মিংশেল মচাদু পায়রগা কিথুক কিরুম তপ্পা তপ্পা চংঙি আমুক শক-কে কা'দুদা। অচৌবা মিংশেল'দুগী মাঙদা লেপ্পগা আমুক্কা য়েংজে কিথুক কিরুম্না। অদুবু করিনো—মিংশেল মচা'মা খুৎতা পায়রগা লেপ্পিবসে কনানো? মিংশেলদা তারিবা মমিসিদি ঐগী নত্তে। ঐগী কোই চোমদে—মিংশেলগী মমিসিদি মকোই চোম্মি। ঐগীদি নাতোন পাকই—অদুবু মাগী নাতোনদি তুম্মি। মাগী মিৎ ঐগীদৌনা খুদে—তরাও তরাওই: শমসু ঐগীদৌনা চবৌ চবৌ ৱাই ৱাই চাইথদে—কুপ্তক তৌনা খোই খোইনৈ মাগী মশমদি। নত্তে, মিংশেলগী মমিসি ঐগী নত্তে—ঐ নত্তে মিংশেলগী মমাঙদা লেপ্পিবসে। ঐসে ঐ নত্রে—ঐসে অমুক ঐ ওইদ্রে।

ঐ কিশল্লকই—তু খ্যাও চুংলকই—ঐগী থাজবগী পামেল মঙ য়াওনা নিক্লকই। তৌফম খঙদদুনা অঙাউবগুম কোইয়েং য়েংঙি কা'দুদা। য়েৎথংবা নাকলমক্তদা টেবিল মচা'দুগী মথক্তা ঙরাংতা মিংশেল পানবদা শিজিন্নরম্বগী নুংথংদো তাদুনা লৈবা উরম্মি। মখা অমুক খম্বদনা নুংথংদু তাপ পায়রগা মিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা ধাপ ধাপ অহুম মরিরক ফুজিল্লি মিংশেল'দুদা। বেলজিয়াম গ্লাসকী মমল তাঙলবা মিংশেলদো পুমতোই তোইদুনা জুৱাই লাউনা তাখি পাক্কাদা।

'তস্ তরি পেল্লব্রা হৌজিক্তি'—হায়না হায়না খুৎলৈ থুনা ঐনা থায়নদগী লৈরক্লবা মৈতৈগী খোঙনাইবী মিংশেল অদো অকায়বা মিংশেলদুগী মথক্তুদা থেৎচিল্লি।

মিংশেল কায়বগী হৌরবা মখোল'দু তাবদা ঐনা ওফিস কাবদা চাবা নংননবা তহো

তহো চাক থোংজরিবী ঐগী নূপী, লাইরিক ওরাইরিবা ইচানূপী-নূপা তফিং তফিং চেন্থোরকই।

অদুবু মখোয়ময়াম্মা করিমত্তা হংবা নংদ্রিঙৈ, মখোয়গী অঙকপা মীৎয়েংগী মমাঙদা ঐনা অপেনবগী মোমোন মীনোক'মা চিনবালদা থেৎচিল্লগা করিমত্তা মোং হাদনা তপ্না তপ্না থোরকখি ওফিস পাংনা।



# ইমা

'ইমা' হায়বসি ওহ্নোক্লা খোয়থুম্লবা ৱাহৈনি, অমম্বগী জগৎ'মদগী মণ্ডালগী জগৎসিদা মীওইবনা ফাউরকপসি ইমাগী নুংশি মথাদনি—মীওইবা পুন্সিগী অহানবা চিঙ্গাকতি ইমাগী অমৃত খোম্লাংনি—মীওইবনা অহানবা উবা মায়থোংদি ইমাগীনি—মীওইবা খোন্নোক্তা অহানবা ফাউরকপা ৱাহৈসি ইমাগীনি। অদুনা মৈতৈগী পাউরৌদা হায়নরিবনি—'মালেম ইমানা লূম্বরা—পলেম ইমানা মরূম্মি।'

থেংলবা অহিংগী মম্লবা কা'মদা তিংখংনা থল্লবা ফমুংথক্তা ওনথোইদুনা খাংলিবা তোম্বা—তখেলম্বম তোম্বা—খল্লম্মি মখল মথেলগী ৱারী কয়া কয়া। মাগী নিংশিংবগী অতিয়াদা ফাউরকখিরম্মি অঙাং-নাৱা ওইরিঙৈদা কায়নখ্রবা মশক ফাউবা নিংথিনা লাকপা ঙমদ্রবা অপোকপী পলেমগী মমি শামিররা মায়থোংদো। থম্মোয় শোক্লা তোম্বা অমুক্তং মখোল থোক্লা কৌরক্লম্মি 'ইমা' হায়না। মমিৎতগী শিন্থখিরম্মি সুরমা-কুশিয়ারাগী লেপ্পাইদ্রবা ঈচেল অনী। মীয়াই চল্লবা তোম্বাগী পুন্সিদা ঙসিগী নুমিদাংসি ওহ্নোক্লা নুংঙাইত্রবা মওংমা ওইনা ফাউরক্লম্মি। মীয়ামগী মীৎয়েংদদি তোম্বাগী পুন্সিসি ফিদম্নিঙাইনি। অচৌবা লল্লোন ঈতিক্কী কারবার কয়াদং পায়রিবা শেল থুম মরাং কায়না শিজিন্নরিবা তোম্বা মশক্তা-মতৌদা, লমচৎ-শাজৎতা মীগী মীহৌনিঙাই মশক ওইরিবনি। ইমুঙ মনুঙগী য়েংঙুরবসু অদুমঙাই—শক-চু ফজবী মতিক-মগুন চাউরবী, সমাজকী লুচিংবী অমা ওইনা মী-না শক খঙনরিবি ইমুঙগী নুপী তোম্বীনু, লাইরিক-লাইশুদা, শাজৎ-লমচৎতা তমজনিঙাই ওইরবা মচানুপী লিক্লা—তরু তনাল্লবা ইমুঙনি তোম্বাগী। মপালথোংগী মীৎয়েংদা তোম্বাগী ইমুঙদি মপুঙ ফারবা ইমুঙ'মনি, হরাও-নুংঙাইগী নিংথিরবা সুর অমনা ইতৎ তত্তনা নাউকোল্লিবা তোম্বাগী পুন্সিনি। অদুবু মপালগী শক্তম্লা মতম'পুম্বদা মনুঙগী শক্লোনবু ফোঙদোকপা ঙমদে। তোম্বাগী পুন্সিদসু পেন্দবা কয়া, নিঙথুংদবা কয়াগী নুংশাশোরনা অয়ুক নুমিদাংগী লাংতক্লহনবা কয়া লৈরি। মীওইবগী থম্মোয়সি য়াম্না লুই। লৈখা লাম্বা ফংদে হায়বা সমদ্রুগীসু লৈখা অমদি লৈ। অদুবু মীওইবা পুক্লিংগীদি লৈখা অমুক লৈতে। পুক্লিং অতিয়াসিদা মীকুপ খুদিংগী মচু হোংঙি—অনৌ অনৌবা শক্লোনগী মমিনা মচুগী লৈরোং শাৎহল্লি। অদুবু মীওইবদি নুং-পান নাইনা পানবা জীবনি—মনুঙগী অমোৎপা কয়া-অরোনবা কয়া মপান্থোংগী ফজবা শক্তম্লা খুমজিন্না থম্বা হৈবনি। অদুনা মশাগী মশক্তম তশেংনা খঙগে হায়রবদি মতম মতমদা মশানা মশাবু মায়োক্লবা দরকারনি। কনা লৈতবা চিক্ল' মফম্মদা মদোমতা ফমদুনা পুক্লিংগী এলবাম লামায় অমমম হাংদোক্লুনা য়েংবগী মথৌনি। ঙসিগী নুমিৎসিমক তোম্বগীদি অদুগুম্বা নুমিৎ অমা হায়বদু থোকখ্রে।

তোম্বীনু, জাতিগী-খুন্নাইগী খনবদা মতম খজিক্তংফাউ শংখিদ্রবী মীওইনি। নুপী চাউখৎপগী থৌরম কয়াদতা নত্তে—জাতিগী ওইবা লোন-সংস্কৃতি মরম অমত্তদা চিংথবা য়াদ্রবা তোম্বীনুনি। জাতিগী থৌরম কয়াদংদা লুচিংবিরিবা তোম্বীনু সরকারগী থৌরম কয়াদংদসু বার্তোন চিংথদ্রবনি। ময়ামসি হোৎনবদা কোকচাউজরিবী মহাক ইমুঙ মনুঙগী থবক্তদি থৌওইনা মায় ওনশিঙ্গবা ঙমজদে। অদুনা ইমুঙ মনুঙগী অয়াম্বদি তোম্বনা মপুঙ ওইনা পুদুনা লৈরবনি। অহান অহানবদদি করিমত্তা ৱারৌজরমদে তোম্বা—থোয়না হেন্নদুম হরাওজরম্মি, মতম মতমদা সরকারগী ফম্নাইবা কয়ানা তোম্বীনুগী মপুরোইবনি হায়না ব্যবহার তৌবিরকপদা মতিক মগুন চাউরবী নুপী'মগী মপুরোইবা ওইবগীদমক চাউথোকচরম্মি। অদুবু থৌদৌসিনা হৌনশা ওইরক্লবদা মতম মতমদা পেন্দবা কয়া—নুংঙাইতবা কয়া ফংঙকপসু য়াওরকলে। মচানুপী লিক্লাসু ফাগী য়ারোইদৌরি।

মাদগীফাউ হেন্দৌরি। কলেজকী ফাংশন, অমা অমগী বার্তোন, লাইরিক ফোঙবা মসি য়ামসি হোৎনজবদা ফূম কাং নোম্বা জাৎনি। ঙসি অয়ুক্তগী তোম্বাগী হকচাংসি খরা ংঙাইতে, অরুমনা খিরুম খিরুম তৌবগুম তৌই। মশা-মঊসি চিকখিবনা নাহেদুনা াঙলিবনি। অয়ুক্তগী কদায়দসু চৎথোকচদ্রে তোম্বা। অদুবু থৌচিল্লবী মমা-মচাদি তাম্বাদা হন্না য়েংবগী মতমফাউবা ফংখিদে। অয়ুক্তা নাস্তা পিজরম্নগা থোকখিবদুনা মমা-মচামক অনী অহুম্নক্তি ফূৎ ফূৎ হঞ্জিল্লক্লম্মে। তোম্বানা কদায়দসু চৎথোকতনা হিপ্তুনা লৈরিবসে উ-না উ-না করি তৌরে ফাউ হংদবমখৈ তহা তহা হেক্তো থোকখিবা—তোম্বা খরদি মথৱায় নুঙাইতে। অদুবু মহৌশানা খরা 'ইনট্রোভার্ট' ওইবা স্বভাবকী মী ওইবনা কনাদসু করিসু ঙাংঙুবা লৈতে। তুমিন্না হিপ্তুনা ঈশৈ ঙহাক তা—লাইরিক ঙাইহাক পা তৌদুনা মতম লেনখি। নুমিদাংদা থেংলপ্না হঞ্জিল্লক্লগা তোম্বীনু তফিং তফিং চান থক্লবা শিঞ্জখি। মপুরোইবা অমসুং মচানুপীবু পিজরগা মাসু পরপ পরপ চাজদুনা নংবোই নংদবোই ফমুং কাখৎখি। নুমিৎ চুপ্পা'মা চেন-চোংজবদা ৱাজরবী সমাজসেবী তোম্বীনু কোকক্কা-মোনগা তাইনবগা নাখোকপা হৌখি। মচানুপীসু ঙহাক্তি লাইরিক ঔরাইজরম্মি। অদুবু কুইরমদে, মমাগী নাক্তা ইরেন্না কাখৎতুনা তুমখুন তানখি নিদ্রাদেবীগী তম্পাক্তা। মশানা চোবে চোবে ঙাংবা কয়া হৈনজদবনিনা মমা মচাগা ৱারীসু থোয়না শান্নহৌদে তোম্বা—মখোয়সু তোম্বানা নুমিৎচুপ্পামা কদায়দসু চৎথোকতমখৈ হিপ্তুনা লৈবসিদা করিমত্তা ৱাহং পোক্তমাল্লে—তোম্বাগী থম্মোয়নুংদা লোন্না চিক্লা চাক্লিবা পেন্দ নুংঙাইতবগী মৈরিসিসু উদমাল্লে, নিংঙাইদনা ফমুংদা চঙদুনা তুমখুন তানখি। তোম্বাদি অরোনবা মৈরিগী মৈশাদা খাংঙমদদুনা ওন্থোইরি। ঙহাক লৈরগা তপ্না তপ্না হৌগৎতুনা মমা-মচানা নুংঙাইনা তুম্মিবা থংনবা কা'দুদা চংঙি তোম্বা। চহী মতাঙদগী চাউবনা হেল্লবা মচানুপী লিক্লা মমাগী মথাদা শান্তিদা তুমজরি—মমাসু মচানুপীবু মখুৎ নাম্মনা মথাদা কোনশিনবিরগা তং তানা ইরোইনজরি তূম্বাগী সমদ্রুদা। অসিনিকো মমা মচা হায়বদো! থম্মোয়দা থুক লাওব'মা পোকখি তোম্বাগী। তপ্না তপ্না চংঙক্লুনা অমুক হিপথজে ফমুঙদা। খল্লকই মদোমতা—ঐগীসু অপোকপী ইমাদো ঙসি লৈরম্মদিকো...। মমাবু য়াম্না নিংশিংলকখি তোম্বা। মমাগী মথাদা কোন্দুনা অঙাং ওইরিঙৈদা তূম্বাগুম ঙসিসু তূম্নিংঙকই মমাগী মথানুংদা।

হা ইমা! পিরাংগী ঈচেল কংখ্রবা তোম্বাগী মিৎলু অনীগী তোর্বান্দা অমুক নৌহৌননা থল্লে পিরাং মতুম মতুম। অমম্বা কা'দুদা লোংখাক লোংনা হিপ্লগা স্মৃতিগী সেলুলয়েডতা য়েকতগী হোৎনজে নিংশিংবা থোক্তবা অপোকপী পলেমগী শক্তমদুবু—কাংখলগী মবুকতুবু অতিয়ানি খন্দুনা কন্না থিজে মমাগী লোৎখ্রবা শক্লোন। কল্পনাগী মিৎয়েংদা লৈচীন নোংফাইগুম ৱাউজুনরবা মূর্ত্তি অমদি ফাউরকপগুম তৌখি। হরাও তুজুংবগা লোয়ননা তনিক্লবা খোঞ্জেলদা 'ইমা' হায়না কৌখিবা খঙহৌদে। অদুবু থংনবা কা'দা নুংঙাইনা তুমখুন তাঞ্জরিবী মমা-মচা তাখিনি খন্দুনা কপ্লিংবগী অকন্বা ঈরাউখোলবু থোংলোন মাপল চেৎনা লোনদুনা থম্মোয়নুংদগী মপাল থোকহনখিদে।

কনাগুম্বা'মা হৌগৎলকপগী মখোল তাবদা তোম্বা কনানো হায়না নুংশাশোর থিংদুনা মনা থাঙ্গৎতুনা লৈ। ফমুংদগী হৌগৎলক্লগা বাথরুমদা চঙখিবগী মখোল তায়। নক্লবা মীদি খোঙথাং মনিলদা'সুম মশক খঙই। তোম্বাসু খঙবা ঙমখি লিক্লানি হায়বা; লিক্লা—মাগী মচানুপী। মচা-মমোম হায়বসিদি মীওইবগী অনৌবা মপোকনি—অমরোমদা হায়রগনা পলেম-পম্লৌগী শক্তম্নি। অদুননি মচানুপীবু কনা কনাগুম্বনা 'ইমা' হায়না কৌনরিবা। বাঙালি খুন্নায়দদি মচানুপীবু 'মা' 'মাগো' অমসুং মচানিপাদনা 'বাবা' হায়না কৌনবগী চৎনবীসি য়াম্না চংখোন্না লৈ। অদুবু তোম্বাগী পুন্সিদদি? অপোকপী পলেম

লৈজদ্রবা তোম্বাগীদি মচানুপীসিনা পলেম-ইমা হায়বদো শক্লবনিকো। অদুবু মচানুপীদি মাবু মমা শক্লা নাউকোনবিবরা? কূইনা ফাজিন্না থম্মম্বা নুংশাশোর অমা কন্না হোন্দোকখিবা খঙহৌদে তোম্বা। নুংঙাইতবগী চৈনাখোলনা হেনমনখিদুনা হিক হিক লাউবগী মখোলসু থোকখ্রবরা করিনো—লিক্লাদো ফিংলপ্না কৌরকই—'পাবুং, কৈদৌরে পাবুং?'

করিমত্তা খুমদে তোম্বা। তুমিন্না মমিৎ উইশিন্দুনা লৈ। অদুবু লিক্লাদি পরপ পরপ লাক্লুনা টিউব লাইটকী সুইচতো মেৎলি—মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা তোম্বাগী শাবুংনরবা মরাইবক্তা মোল্লবা মখুৎতু থম্মি। -'পাবুং, পাবুংগী মশাসে শাইনে। ঙসাইনা ঐবু কৌরক্লিবা করিগীনো?' লিক্লাগী খোঙ্হোক্লুদা লাংতক্লবগী-পাখৎপগী সুর অমগা কোন্ননা অঙকপা ইনিল অমা য়াউবগুম তৌই। থুক লাউব'মগা লোয়ননা তোম্বা মাগী অপোকপী পলেমবু নৌহৌননা নিংশিংলকখি। য়াম্না ৱানা খুমখি-'কৈসু তৌদেদা নানা।'

'ইমা' হায়গদগী তৌবনি, অদুবু মচানুপীবু নুংশিদুনা অসুক কূইবা 'নানা' হায়না কৌরকপগী হৈনবীদু হেক থাদোকপা ঙমদবনিনা মমোনদা 'ইমা' হায়না কৌরবসু মপানথোংদদি'সুম 'নানা' হায়খি। অসুপ কূইবা ৱানা খাঙলম্বা মীৎলুগী পিরাং অকনবা ঈচেল ওইনা চেন্থরকখি।



# অঙকপা লাইরিক

তুম হৌগৎলকপগা নোংপোক্কী থোংনাউদো হাংদোকই রবিন। তরং তরংনা থোরকপা অয়ূক্কী কোরৌনা তরাম্না ওকই মাবু। নুমিৎকী মঙালগা লোয়ননা অইংবা নুংশিৎকী ইপোম অমনা রবিনগী হকচাংদা নুংঙাইবগী তান্থা অমা পীরে। পুক্লিং মকা লামই—মোমোন মীনোক্তা রিফ্রেশমেন্ট কা'দা চংঙি। বেসিন মিররগী মাঙদা লেপ্পুবগা রোবোটকী মখুৎনা মায় ব্রাশ তৌবি—মমায় মমিৎ তাথোকপি। ফি হোংদোক্লুনা শাওয়ার মখাদা লেপ্পি রবিন। স্কিনগী টেম্পারেচারগা চান্নরনা লুম্বু শাবা ঈশিংগী ঈফুৎনা হকচাংদা চাইথরকই। ঙহাক লৈরগা মায়কৈ অনীদগী অশাবা নুংশিৎনা উরু উরু হুমজিল্লকপদা মীকৃপ্তা কংখি রবিনগী হকচাং। মিনিট মঙাগী মনুঙদা ফ্রেশ ওইদুনা থোরকই রিফ্রেশমেন্ট কা'দগী। হাইজিন কর্ণারদা চঙদুনা টেবলেট অমা য়োৎশিল্লি রবিন। ব্রেকফাষ্ট, লাঞ্চ, ডিনার লোয়না কোন্নরবনি টেবলেট'সিনা। মাগী মরূপ রিকিদি নিতিগী টেবলেট অমমম য়োৎপসি য়াম্না ৱাইচিল্লি হায়না হাইজিন থেরাপী ওইনা লৌরি। মিনিট মঙা চঙনা লৌবা থেরাপী অমনা থা অমগী কোর্সনি—থা অমা করিমত্তা চাবগী মথৌ তাদ্রবনি। অদুবু রবিনদি থেরাপী লৌবসি পামদে। নোংমগী চাবা হায়না আমুক লৈত্রবদি মশাবু য়াম্না রোবোট রোবোট মাল্লকই। অদুনা রবিনদি নোংমগী চাং নাইনা টেবলেট অমমম য়োৎলি। তৌবগীদি মপান্দা অথাপ্পদা নত্রগা মতম কুইনগী চৎথোকপা তারগদি মাসু মরক মরক্তা হাইজিন থেরাপী লৌরি। থায়নগী পৃথিবীগী মীশিংদি নোংমদা অহুম/মরিরক চাক চারম্মি—চাক য়েঙ্গ্লাং মথেল মথেল তৌদুনা চাবা—চাবগী থৌরাং তৌবদা মতম য়াম্না মাঙহল্লম্মি। খল্লুবদা রবিনদি ঙক্তবা ঙমদে—মাঙহনখিবা মতমশিংদুগী খল্লুবদা য়াম্না পাম্মুরকই রবিন। পৃথিবীগী অরিবা ইতিহাস পারুবদা অঙকপা পাউশিংসি থেংনরুবনি রবিননা।

অয়ূক্কী পুঙ তরেৎ তারে। রবিনগী খুদাংদা হাপ্পা চিপস্‌না মাগী ব্রেইনদা মতমগী সিগন্যাল'সি পিরকই। হৌজিক রবিনগী ফিজিক্যাল অমসুং মেন্টাল থেরাপীগী মতম্নি। অহানবদা মিনিট তরামঙা 'য়োগা'—মথংগী মিনিট তরামঙানা মিউজিক থেরাপী। রবিনদি অরিবা মতমগী মিউজিক খরা পামজৈ। অদুনা মোজার্ট নত্রগা বিথোভেন খরা শিজিন্নগল্লি। মাগী মরূপ রিকি-পলিখোয়না মসিগীদমক মাবু য়াম্না নোকপী। লাইরিক পাবদসু'ঙায়—রবিনদি ইন্টারনেট নত্রগা কম্পিউটার সিডিদা হৌজিক্কী মতমগী য়াম্না পাম্নবা নভেলনেট নত্রগা কম্প্যুড্রামা এনজয় তৌববুদি ওল্ড আর্কাইভস্‌তগী অরিবা লাইরিক পুথোক্লুনা পাবনা হেন্না নুংঙাইজৈ। থায়নগী পৃথিবীগী অঙক-অঙকপা ৱা কয়া পাবদা হরাও তুজুংনৈ। মাগী মরূপশিংদা ৱারীশিংদু অমুক অমুকসু লি। ৱারী তারগা মখোয়দি ঙকপদা নত্তে হান্নগী মীশিংদুবু তুক্কচ্চব'মগা লোয়ননা য়াম্না হন্থবা মীৎয়েংদা য়েংই। রবিন মথৱায় নুংঙাইতে। অদুমক্তদা রবিনদি অরিবা লাইরিক পাবগী অঙকপা মহাও'মদা ঙাওদুনা লৈ-থাদোকপা ঙমদে। ঙসিসু মাগী স্টাডি টাইম য়ৌরকপদা রবিন মপাবুংগী ওল্ড আর্কাইভস্‌তগী লাইরিক অমা পুথোক্লুনা রিডিং মেশিনগী মনাক্তা চঙশিল্লি। য়াম্না অরিবা লাইরিকনি—চেমায়শিং ৱাউজুনরে—মফম মফমদা দাগ তারে। খৃষ্ট কুম ২০০০গী লাইরিকনি—ঙসিদগী চহী লিশিং অমরোম হেন্না মমাঙদা ফোংঙম্বা লাইরিকনি খল্লুবদা তুজুংঙকই রবিন। অঙকপা নুংশিবা'মা পোকই চহী লিশিং'মদগী হেন্না পুন্সিরবা লাইরিক'সিগীদমক। তপ্না তপ্না হাংদোকই লাইরিককী চে-নাশিং। মশক খঙদ্রবা অঙকপা ময়েক্লা ইবা লাইরিকতু রবিন পাবা ঙমদে ময়েক'মতা। অদুবু মদুনা করিসু অকাইবা লৈতে। রিডিং মেশিনগী মমাঙদা থম্বদা লাইরিক খুদিংমক হৌজিক্কী

*চৎনবী লোনদা হন্দোক্লুনা থোরক্কনি। মেশিনগী মতেং লৌদুনা রবিনসু থাইনগী অরিবা* লাইরিকসি পাবা হৌগৎলি। লাইরিকতু *পাবদা রবিন কয়ামুক হরাউখি হায়বদা অরোনবা* ট্রেজার অমা ফংবগুম খনখি।

লাইররা ইমুঙ অমগী ৱারীনি। নুপী'দুনা নোংমা মপুরোইবদা হাইজরম্মি—ঙসিদি ঙা লৈরকউবা কৈদৌগে? ঙা চাম্মনদনা লৈ-দা তুহাউ হৌরে।

রবিন খংপ্রেক খংই। লৈ-দবু তুহাউ হৌবা! অদু ওইরদি করম্মা চাক চারমগনি মখোয়? ওহ্লোক্লা খুদোং চারম্মোইদকো! ঙক্লা ঙক্লা মখা পাথৈ।

মফম অমদা ইরমই—মীয়াই চল্লবী নুপী'দো অহিং অথেংবদা মপাল থোক্লকই। মনিঙগী উপাম্বীদগী মকু অমা 'কু' হায়না খোংঙকই। মীচিক মিরাউখোল তাদ্রবা অহিংদুদা অৱাংগী মোংসোংদগী খঙহৌদনা শউম'মা ফাউরকখি। খংপ্রেক খংই নুপী'দো। অকিবগী অইংবা নুংশিৎ'মনা তুমিন্না শোক্লমদুনা চৎখি মাবু। তু খ্যাও চুংই—চপ চপ য়ুংখি শম্মাংশিং।

করি! শম্মাংশিং চপ চপ য়ুংখিবা!! লাইরিক পাবা লেপ্তুনা রবিন ঙহাক তুমিন্না লৈ মমিৎ উইশিন্দুনা। ভাব তাবা ঙমদে। কিরগা তুহাও য়ুংই হায়বদি রবিনসু খংঙি। অদুবু শম্মাংফাউনা য়ুংবা—অঙকপনি! নত্তে মখোয়গী মশমশিংদুবু ইলেকট্রিসিটি ফাওবা পোৎ ওইবা জাৎলা? অকিবগী কারেন্টনা চার্জ ওইবগা লোয়ননা চপ চপ্ য়ুংখৎলকপা জাৎলা শমশিংদো? রবিন জ্ঞান অমা তাদে।

অমুক পাবা হৌরি লাইরিকতু। খংবোই করিওই লমহুই অমা মোংসোংদুদগী চেহ্লোরকতুনা নুপী'দুগী মমাঙ শমদুনা হেক চেনখি। খংপ্রেক খংবা নুপী'দুগী মমিৎতো থাবলগী মুশি মুশিরবা মঙালদা কোরোক কোরোক ওনবমখৈ কোইতান তান্নে চেনখিবা লমহুইদুগী মতুঙ ইন্না।

রবিন ময়া কাখিবা খঙহৌদে। মমিৎপু কোরোক কোরোক ওন্না লমহুই তান্নে হায়বসিবু করম হায়না তৌরিবা জাৎনো? মীৎতুবু মীৎ মখুলদা অমুক হঞ্জিল্লকখিবরা? শোয়দনদি হঞ্জিল্লক্লমগনি। নত্রবদি নুপী'দো মমীৎ তাঙবা তায়। ৱারীদুদা নুপী'দো মমিৎ তাঙখি হায়বগী ৱা থেংনদে রবিন। নত্তে থায়নগী মীশিংসিবু পংই—চাউখৎলমদে হায়না হায়নবসি চুমদবা জাৎনি। খঞ্জা মঞ্জাননা রবিন অমুক্কামুক পাবা হৌরি ৱারীদো।

নুপী'দো মপুরোইবা হল্লকত্রি হায়বগী নুংনাংনবগা লোয়ননা লম্বী পাংনা য়েংদুনা লেপ্লম্মি। চাকতি থোংদুনা লোইরবনি। চাকসু য়াম্মা লামশিল্লক্লবনি। অদুবু মপুরোইবা লাক্লগা চামিন্নরগে হায়না ঙাইদুনা লৈরি। থংনবা ইমুঙ'দুগী নুপী'দো কন্না ঙা ঙৌরি। মপুরোইবদুনা বাজারদগী হল্লকপদা থেংঙবরা করিনো। করি ঙানো মানা ঙৌরিবসে? ইলিশা ওইবা তায়—চানপুরী ইলিশা ওইরমারে—মনম য়াম্মা নুংশিরকই। মতীন য়োৎথৈ নুপী'দো। মনম'দুদাসুম খাইবোক মপুক থল্লি।

করি? মনমনতা খাইবোক মপুক থল্লি হায়বা? রবিন পংবা'মা য়াউরি। হৌজিক্কী চাউখৎলবা বিজ্ঞানগী মতম'সিদসু টেবলেট য়োৎপা নত্রগা হাইজিন থেরাপী লৌদনা হিংবা ঙমদে। অদুগা ঙসিদগী চহী লিশিং অমরোম মমাঙদনা মতমদুগী পৃথিবীগী মীশিংনা করিমত্তা চাদনা শৃপ্না মনমতা লৌরগা মপুক থন্বা ঙম্মিবা। তশেংনমক্কী অঙকপনি! কয়া য়াম্মা চাউখৎলম্মিবনো মতমদুগী মীশিংদো। রবিন জ্ঞান মেন তাশিল্লকত্রে। খল্লি, মপাবুংদি অরিবা মতমগী মথক্তা থিজিন খোমজিল্লিবা অখঙ-অহৈ'মনি। মপাবুংনা হল্লকপগা হংদবা য়াদে মরম পুম্নমক।

।'ৱারী মতেক' হায়বসি ৱারীমচাগী মখল'মনি। ৱারীমচাদগীসু হেন্না পীকপা—পুন্সিগী পীকখ্রবা থৌদোক নত্রগা ৱাখল অমবু ফোঙদোক্লিবা ৱারীগী মখলনি। বাংলা সাহিত্যদা 'মিনি গল্প' নত্রগা 'অণু গল্প' হায়না ইনবা ৱারী মখল অমা লৈ। মদুগী মত্তং লৌদুনা য়াম্না এক্সপেরিমেন্টাল ওইনা ইবা ৱারী অনীখক লাইরিক'সিদা হাপচিঞ্জরি। মণিপুরদা 'ৱারী পিকত্র' হায়না মিংথোনবসু থেংনজে। অদুবু ঐদি 'ৱারী মতেক' কৌজরুরে। -অইবা।।

# রানওয়ে

তারমদাই নুমিৎকী লোথরক্লবা সনামচুগী মশেক্লা য়ৈরবা এয়ারপোর্টকী রানওয়েদা সার্কাসকী 'ত্রিফলা'না লৈমায়থক্তা য়ৈশিন্দুনা লৈবগুম চাকা অহুমগী মথক্তা খাংদোন্নবা লেপ্লিবা বোয়িং'দুবু মীৎফম হোংদনা য়েংদুনা লেপ্লি চেকপল খারিবা এয়ারপোর্ট এরিয়াগী ৱাংমদা। কা'ফম কৈরাক থাবগা লোয়ননা পরেং পরেং কাখৎলি যাত্রিকশিংনা। থোংজিন্দা লেপ্তুনা তরাম তরাম ওক্লি লশিং মফোলগুম তনৌ তনৌরবী হকচাংদা হিগোক মচুগী শাড়ী ব্লাউজনা লৈতেংলিবা স্বর্গগী অপ্সরীগুম নিংথিজবী এয়ার হোস্টেসনা। অঙৌবা ফিজোন্না লৈতেংলিবা পাইলোটসু কুমথদুনা ইঞ্জিন্না চিংবা পুম্নমক কূপ্লা য়েংশিল্লি। কুলীশিংনা যাত্রিকশিংগী পোৎ হোন্দুনা থাঙৎপিরি। মীওই'পুম্বা ইরাং লাংনরি—ইনিল নিল্লনরি। খঙহৌদনা ইঞ্জিন স্টার্ট তৌবগী কল্লবা মখোলদা অসুপ কুইবা ৱাখলগী ঈয়াইদা কোঙ্গোল মরিক তাউবগুম তাউদুনা লৈরম্বা ঐদি খংপ্রেক খংনা ভাব তারক্লুনা য়েংঙুবদা ঐগী চান্নরবা মরূপতুনা উৎ মচুগী রুমাল অমা পায়দুনা পিক্লবা মীহুৎথোংদুদা হাইদুনা লৈরম্মি। ঐসু ঐগী অঙৌবা রুমালদো খুদক্তা পুথোক্লুনা তপ্না তপ্না হাইদুনা বিদায় পিরম্মি। বোয়িং'দুসু চেন্বা হৌরক্লম্মি। অদুগা ঐদি পুন্সিগী রানওয়েদা চিখহৌরবা মী'গুম তপ্না তপ্না লংজাগুম পাইখৎলিবা বোয়িং'দুবু মুন্না য়েংদুনা অদুম লেপ্তুনা লৈহৌই চরুগী মূর্তিগুম।



# নুমিদাং অমগী ৱারী

ৱারী অসে নুমিদাং অমগীনি; অচুম্বা ফজবনা থাবলগী থোৎল' মেংলবা ইপোমগী শক্তম লৌদুনা আতিয়াদগী চবুন চবুন ওইনা চাইথরকপা— পুন্সিগী ঈখৌলাংবা কয়ানা নোংইন চেক্লাগী শক্তম লৌদুনা থম্মোয়গী আতিয়া শিন্না পেঞ্জবগী পন্নুংফম তম্না কোইপাই পাইজবা নুমিদাং অমগী ৱারী।

মতমদো লৈশেমগী পুন্সিদা লমথোং অহুম ফাংবা লম্বীগী ময়ায়মক্তদা লেপ্তুনা কদোম চৎকদবা খঙদনা ফুম্বংননা লৈবা মতম্নি। নহা ওইবা পুন্সিগী খমথেংলবা থাক অমদা মশাগী মতীক ময়াইবু নিংথিজনা ফোংদোক্তুনা চীং-লেম্না খোংদোয়জরিবা লৈশেমনি। পুন্সিগী লেপ্লাইদ্রবা খোঙচত্তা থুংঙখি মহাক খঙহৌদনা লমথোং অহুমগী লাংদাই'মদা। অমরোমদা মাগী অপোকপী পলেম, অঙাং-নাৱা ওইরিঙৈদগীনা তাজরকপা খোইথুম্লবা মমালোন, করিসু খঙদ্রিঙৈদগীনা তাইদিং তাইদিং হায়না কোৎচরকপা জগোইগী খুৎথেক— অদুগা অমরোমদনা মতম'পুম্বদা থুম্মৎতুনা থম্লিবা ময়েক লারবা লোন-সংস্কৃতি'মগী শুম্মৎঙম্বা মঙাল। অদুগীসু মথক্তা মাগী পুন্সিগী থোংজাও অমসুং থোংনাও'পুম্বা নমখায়দুনা পাইশল্লক্লিবা মপাল লমদমগী কঙাওনরবা নুংশিৎ কয়া। অমরোমদা অঙাং ওইরিঙৈদগীনা হৌমিন্নরকপী, মাগা পূকচেল খোইজেল তিন্নজবী চনুরা— বকুলৈ; অদুগা অমরোমদনা অঙকপা ফংনা নুংশিহৈবী, থোপকী মঙালনা লৈশেমবু মতম'পুম্বদা শুম্মৎলিবী, পুন্সিগী কুণ্ডলবা লানফমদা খোঙলোয় ওইমিন্নরিবী—শ্রাবস্তি; আমুকসু অমরোমদনা মপালগী তথক্লবা জগৎতগী শুম্মৎহৈবী ফিজোন্দা খুৎলাম তোয়না কৌরক্লিবা শকখঙদবী নুজা কয়া। হৌজিক কদোমদনো চৎকদবা লৈশেম— করম্বা লম্বীদনো খোঙদাগদবা?

খন্না খন্না লৈশেমদো মিৎকুপ নাহুম'মতং মমিৎ উইশিল্লবরা খঙদে— নিংথিজরবা মঙলান অমা ফাউরক্লম্মি মাগী থোপকী আতিয়াদা। অঙাং-নাৱা ওইরিঙৈদনা লৈখিদ্রবা মাগী অপোকপী পলেমবু হাইফেৎতং উখি লৈশেম। অদুবু মাদি মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা করিগুম্বা'মতং হায়গদগী তৌরম্নগা তুমিন্না মাঙখিরম্মি। খুদক্তা নিংথিজরবী লৈফনেক-ইন্নাফীনা লৈতেংলবা মৈতৈ চনুরা অমনা খুলং ঈশৈগী থম্মোয় হুবা সুরগা লোয়ননা জগোইগী খুৎথেকতা ঈথক হৌহল্লকখি লৈশেমগী থম্মোয়। মীকুপ্তা মঙলানগী ৱাউজুনরবা জগৎতগী অমম্বগী ফিজং হাইগৎখিদুনা অচুম্বগী মঙালতনা থুম্মৎলবা মাগী তাইবং পুন্সিদা হল্লকখি লৈশেম।

ৱারী অসে নুমিদাং অমগীনি— কঙাওনরুরবা পুন্সিদা অচুম্বগী অ[illegible] মঙালবু নৌহৌননা ফংলবা নহা অমগী পুন্সিদা থোকপা নুমিদাং অমগী ৱারী।

*বাংলা লোনগী শক্লাইরবা ৱারী মচা ইবা লেখক ইশতিয়াক আলমগী ৱারী অনীখক মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা লাইরিকসিদা চনশিঞ্জরি। ৱারী অনী'সিদগী পাঠকশিংনা অনৌবা মহাউ'মদি ফংবিগনি।*

## ইশতিয়াক আলম : শম্নপ্না শকতাকপা

পোকপা এপ্রিলগী তাং ২, ১৯৪৬ কুষ্টিয়া জেলাগী কুমারখালি থানাগী খোকসা খুঙ্গংদা। এপ্লাইড ফিজিক্সতা এম এস সি ডিগ্রি লৌরবা'তুংদা কলেজকী অধ্যাপক ওইনা থবক তৌবা হৌবা ইশতিয়াক আলম প্রাইভেট টিউশনী অমসুং দোকান ফমদুনসু মতম খরা লেপ্লি। মথংদা বিসিএস থাদুনা সরকারগী থবক লৌই। হৌজিক হৌজিকমক 'ডিষ্ট্রিক্ট কন্ট্রোলার অব ফুড' ওইরি। ৱারীমচা, উপন্যাস, লমকোয় ৱারী, সাইন্স ফিকশন অমসুং অঙাংশিংগীদমকসু লাইরিক কয়াদং লেংখ্রে। হৌজিক ফাউবদা ফোঙবা লাইরিক্কী মশীং-১৬। শিংথাবা য়াবা লাইরিকশিংদি— শফিকাকা শফি মামা, মায়ের কাছে ফেরা, দুই মুক্তিযোদ্ধা, সাংঘাতিক কান্ড, আগ্রা হয়ে কাশ্মীর, যুদ্ধ দিনের কষ্ট, অন্য গ্রহের মানুষ, মেঘ পাহাড়ের কোলে অসিনাচিংবনি। বাংলা ১৩৯৭ সনদা মিঃ আলম 'মায়ের কাছে ফেরা' হায়বা অঙাংশিংগীদমক ইবা উপন্যাসকীদমক্তা জাতীয় পর্য্যায়গী 'অগ্রণী ব্যাংক শিশু সাহিত্য পুরস্কার' ফংখি। অঙাং অনীগী মপা ইশতিয়াক আলম হৌজিকসু লেপ্তনা ইরি। মাগী খুৎইশিং লমদমসিগী মিংচৎলবা চেফোঙ পুম্নমক্তা চাং নাইনা ফোংঙি।

# ৱাখল

## ইশতিয়াক আলম

[মরূ : 'বাঘবন্দী' লাইরিক্কী মনুঙ চনবা-'বোধ'।]

অমি খোঙ খুৎ হামদোক্লুনা লাইরিক পা'দগী ফম্বগা অমুক নিংশিংলকয়ে। অয়ুক নুংথিলদসু কয়ারক নিংশিংলকখ্রবনি। অদুবু স্কুল চৎপগী থৌরাং, স্কুলদা মথং মথং ক্লাস কয়াদং শরূক য়াবা—পুম্নমক হোৎনবদা ইরেন্না কাউরুরবনি। নুংথিলদা শান্নরিঙৈদসু অমুক নিংশিংলম্মি। অদুবু শান্নবগী ময়াইনা মিকুপতা'সুম' কাউখ্রবনি।

অদুবু হৌজিক্তি ড্রামগী শোকখৎপা ঈশিংদা খোঙ-খুৎ হামদোক্লুনা লাইরিক্কী টেবিলদা ফম্বগা অমুক নৌহৌননা নিংশিংলকয়ে—অয়ুক্তা ট্যুর চৎলমদায়দা মপাবুংনা হায়রম্বা ৱাদো—'নঙগা ৱারী শাগদবা লৈ'। অমি ভাব তাবা ঙমদে—করি ৱারীনো মাগা শান্নগদৌরিবসে? হায়গদবা লৈরে অয়ুক্লুদা'সুম হায়দোকওদনা—মদুসু নত্তে। মাবু ৱাখলগী ঈরৈনুংদা লংথদুনা থম্মগা করি কান্নবগে? অমি মপুক্লিং খরা নুংশি। মসিগীদমক্তনি অমিনা মাগী পাবুংবু অমুক অমুক শাউনিংলিবসে। অঙকপনি পাবুংসে—অমুক অমুকসু মরূপ-মপিজাদৌনা লুনা হেক তিন্নগনি—অমুকসু তুমিন-চীং লেম্না হেক লৈথোকখিনি। অমি খংঙি—মা'দা নত্তে—মমাফাউবা মসিগীদমক্তা পাবুংবু কি-হঙ্গোইনা লোয়নরিবনি।

অমি নিংশিংলকই—ঙসি অয়ুকতো—নিতিগী মতৌগুম পাবুংনা অফিস কা'গদগী মাগী অমনবা হ্যান্ডব্যাগতু পায়দুনা থোরক্লগা অমিগী মাঙদা চপ লেপ্লে। অমি খংঙি—পাবুংসে করিগুম্বা'মা হায়গদৌরি হায়বা। মা'সু করিনো হায়না হংদে—তুমিন্না য়েংদুনা লৈ মপাবুংবু। ঙহাক তুমিন্না লেপ্লগা অমিবু মুন্না মুন্না য়েংদুনা পাবুংনা য়াম্না লূম্না হায়দোরকই—অমি, নঙগা ৱা লৈ—নুমিদাংদা।

মদুদগী তপ্লা তপ্লা থোক্লা চৎখি। ঙসিদি কদায় চৎলিবা—রায়পুরাদরা—ঘোড়াশালদরা অমি হংবা নংহৌদে। পাবুংনা থোকখিবগা থোঙ লোনশিন লোনশিন্না মমানা হংঙি—করি হায়রম্মিবনো নঙ পাবুংনা? লাইরিক্তগী মিৎ থাঙ্গৎতনা পাবুংগী মতৌ তম্না অমি-না লূম্না খুম্মি

- ৱা লৈ।
- করি ৱানো?
- নুমিদাংদা হায়গনি।
- করি মরমদনো হায়বা?
- নুংদাংদা খঙগনি।

খরা শাউনিংঙি মমাদো অমিগী মতৌদুদা। শাউরপ্লা হংঙি—চুম্না ৱা ঙাংবা হৈত্রবরা নঙবো? মমা শাউরে খঙদুনা অমি-না হৌনা নোকথোক্লগা হায়রকই—পাবুংনা চৎলমদাইদা ঐগা ৱা লৈ হায়না হায়রম্মি—নুংদাংদা হায়গনি হায়য়ে। করি ৱানো খঙদে—নঙদি খঙবরা ইমা? মমাদা হঙ্গৎনা হংঙি অমি-না।

খঙজদে-খঙজদে। নখোয়গী নপা-নচাগী ৱারীসে—শাউরপ্লা চাকখুমলোমদা হাইজিনখি মমাদো। থবক্কী থবক ঙাক্তনি মাগী। অয়ূক্কী চরা ৱানবগী থৌরাং, নুংদাংগী কোললিক ফেংদোকপা ৱাইরম শেংবা, ফিরোল শুদোকপা। মদু লোইথরকপদা অমুক চাকলেন চাবগী থৌরাং—লোইবা নাইদবনি মাগী থবকসে—সিনেমাগী 'সিন' অমম্মমদৌনা মথং মথং থোরক্কদবনি মাগী থবক্কী পরিংশিং।

অমি রুটিন য়েংদুনা লাইরিক পাবা হৌরি। মথং মনাউ নায়না—বাংলা, ইংরেজী

গ্রামার, অঙ্ক, সমাজপাঠ। সমাজপাঠ কী মতাঙ লাকপদা অমি ঙহাক তুমিন লৈ—ৱাখল তৌই। থায়না মমাংঙৈদদি মীওইবগী পুন্সিসে য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরম্মি। খোঙথাং খুদিংদা অৱা-অনা। অদুনা মখোয়না অপল অথিং কয়াদুবু মায়োক য়াননবা ফুরূপ শেম্লম্মি—পুন্না লৈমিন্নদুনা হরাও-নুংঙাই অমদি অৱা-অনা কয়াবু য়েন্নদুনা হিংলম্মি। মতমগী য়াওলগা লোয়ননা হোংলকখি মীওইবা খুন্নায়গী শক্তমসু—হোংলকখি মীওইবগী মীৎয়েং—নিঙবা-পাম্বা কয়া। মীওই ফুরূপকী নিঙবা থুংহনবা ঙম্মক্তবা খুন্নায়দুদি মতমগী য়াওলদা শক্তম হোংঙকই। অসুম তৌনা লাকখি অওনবা কয়া। ক্লাস সিক্সতা তম্মিবা অমি মৈ চৎখিবগা লোয়ননা খংপ্রেক খংঙি। মায়কৈ পুম্নমক পুম্মম মমখি। খুদক্তা মৈ লাকপা অমসুং খুদক্তামুক চৎখিবসি অমি খোয়না লৈরিবা শহর মচাসিগী পুন্সিদা হৌনশানি। লেমটনগী মুশি মুশিরবা মৈঙালদা অমিগী ৱাখল অতৈসু মশা-মরেং পাল্লকখি। মখোয়না লৈরিবা সরকারগী কোয়াটারদু য়াম্না মোৎলে। কয়ানি শুরবা খঙদে শুনু তৈদবা। ফক্লাংদুদা মমাঙ থাবদা লৈরম্বা কাঙবুদুগী অঙাংশিংনা লাইরিক ময়েক য়েকশিল্লম্বা, য়োৎপী ফুজিনবগী দাগ য়াম্না মরাং কায়না লৈ। অমিগী ৱাখল ঈচাউগী ঈশিংগুম শন্দোক্লককখি—মাগী ৱাখলগী অতিয়াদা শক্তম লৌদুনা কোইপাই পাইরে মাগী মরূপশিং, পাবুং, ইমা, ইমুঙ মনুঙগী অতে মী কয়া অমসুং হৌখিবা নুমিৎ কয়াগী থৌদোক কয়া কয়াদং।

গভর্ণমেন্ট স্কুলনি। স্কুলগী ইউনিফর্মদি অঙৌবা ফুরিৎতা অশংবা খোংগ্রাউ। শগোলশেন নত্তনা অতৈ নুমিৎ খুদিংমক স্কুল ড্রেস শেৎনা চৎপা তায়। হেড স্যারগী অকনবা চৈরাকনি। হেড স্যার মশামক্লা ফি লৈরক্লগা কেরানীদা য়োলহল্লি। মচু খজিক্তং শিথরকপগা অনৌবা খোংগ্রাউ-ফুরিৎ তুবা তায়। নত্রবদি ক্লাশতগী ইন্থোকপা। অমিবুসু নোংমদি খোংগ্রাউ মচু শিথরক্লে হায়না ক্লাশতগী ইন্থোরকলে। ইকাইবনা অমি লৈফম খঙখিদে। য়ুমদা লাকপগা অমি মপাদা তাইনরে। ৱারী পুম্নমক তাবগা ৱা অমত্তা ঙাংদনা অমিগী খুজেং নাম্ম পায়রগা পাবুংনা স্কুলদা চৎলি—চুমদ্রিংনা হেড স্যারগী কা'দুদা।

অমি খোয়গী হেডস্যার য়াম্না কহি ফৎতে। শাউরক্লবদি লাউ-খোংদুনা ৱা ঙাংঙি। অমিগী পাবুংনা য়াম্না ইংনা তপ্না হেডস্যারদা হায়—'থা অমা মমাঙদদা লৈবা খোঙগ্রাউ ফিসিবু ঙসি হেক্তা মচু ৱাউথরক্লে হায়না অঙাংসিবু তান্থোকপিরকপসি করিগীনো?' মদুদগী নোকফেৎ তৌদুনা নপশিল্লি—নত্তে, খোঙগ্রাউ ফিসিবু ওজাখোয়না য়োনবদুদা কারবার চাউখৎননবা তোয়না তোয়না ফি শিন্ননবা তৌবিরিবা জাৎলা?'

হেড স্যারদো শাউবগা-ইকাইবগা য়ান্নখিদুনা ৱা ঙাংবা থোকখিদে। অমি হেড স্যারবু খরসু কিবগুম তৌ—খরসু ইকাইবগুম—তুমিন্না থোরক্লগা মপান্দা লেপ্পে।

অমিগী পাবুংনা ইংরেজীদা মখা শমথখি—ঐ সরকারগী থবক তৌবা মীওই অমনি। থাগী ফংলিবা অককপবা তলবসিনা থা-থাগী ইচাগী অনৌবা খোংগ্রাউ ফুরিৎ তুবিবা ঙমদে। মানা হৌজিক শেৎলিবসি শেগাইদ্রিফাউবা অনৌবা তুবিবা ঙমখিরোই। মসি শেগাইখ্রগা অনৌবা তুবা মতমদা ওজাখোয়গী দোকান্দগী ফি লৈজগে। মসিগী মনুঙসিদি মাগী অমনবা ফিরোলশিংসি শেৎতুনা'সুম ক্লাশ তৌজসনু কৈদৌগে?

হেড স্যারগী কা'দগী থোরক্লগা অমিবু মাগী ক্লাশতা পুশিন্দুনা ফমহল্লম্লগা তুমিন্না চৎখি পাবুং। অমি তিঙক-মাইঙক্লনা ফমদুনা লৈহৌরি। অদুবু মরমসিদা হেডস্যার নত্রগা ক্লাশটিচার কনামত্তনা অতৈ করিমত্তা হায়রকখিদে।

মরক মরক্তা পাবুংগী মথক্তা শাউনিংবা পোক্লকই অমিগী। মমাগা পাবুংগসু মরক মরক্তা করিসু লৈতবা মরমদা পোখা-পোৎথা তৌনরকই—খৎনরকই। মদুগী মতমদুদদি অমিগী মমাসু-মপাসু করিনোমা তৌখি। য়াম্নসু শাউগল্লকই। করিসু মরাল লৈত্রবদসু অমি

অমসুং মচল নুপী অভিবু হেক হেক ফুই। অমি-অভিসু য়াম্না শিংঙে হৌজিক। ইমুংগী হন্না-নুংশিৎ খঙদুনা চৎলি। খুদোং চারোইদবোই উবদা ন্না অমত্তা ঙাংনদনা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লগা তুমিন তুমিন লাইরিক পায়দুনা ফমখি। মমাসু করিমত্তা ঙাংদে। তুমিন তুমিন্না মাগী থবক লোইশিল্লি। থংনবা ইমুঙগী অতে মৌশিংনা পোৎয়োনবা মীদগী ফিরোল-পোৎচৈ লৈবগী মমল তিক্ল-হায়নবা মতমদুদা অমিগী মমাদি শোর হোন্দবমখে সংসারগী থবক হোৎনদুনা লৈ। পোৎ লৈরুগেসু খন্দে—ঙহাক কোয়থোক্লুগে নত্রগা ন্নারী ন্নাতাই শান্নদুনা মতম লেহোক্কেসু খন্দে। নুমিৎ চুপ্পা থবক-থবক-থবক্তনি হোৎনরিবা। অদুগুম্বা মমাদুসু অমুক অমুক্তি মওং অমা তৌখি। অমি নিংশিংলকই—হন্দক্কী ইংথম থাদুদা পাবুংনা মাগীদমক্তা অতিয়া মচুগী জাম্পার অমা লৈবিরকখি। অমনবা য়োনবা দোকান্দগী লৈরকপা ওইরবসু জাম্পারদো য়াম্না ফজে—অহনবা মাল্লি। অমিসু উবগা য়াম্না পামখি। হরাও হরাওনা লিৎতগী তৌই। অদুবু মমাগী অয়াকপা খোন্থাংদা খংপ্রেক খংখি অমি।—ঐগী ইচা কৈদৌঙেসু অমনবা ফিরোল শেৎ-লিৎলোই। ঙস্মগা অহনবা লৈবিয়ু—ঙমদ্রগা 'সুম লৈসনু। পাবুংদো ন্না অমত্তা খুম্মক্তে। তুমিন্না চৎখিদুনা অমনবা জাম্পারদো হন্দোকলুই।

মমাগী অসিগুম্বা থৌদোক্কী মরম ভাব তারমদে অমি। খরা চাউরকপদগী মী-না ঙাংনবা তাদুনা হৌজিক খরা খরদি ভাব তারে। অমিগী মমা পোকপা মপূদো য়াম্না ইনাক কৈরাক খুনবা শহরগী শক্লাইবা মীওই অমা ওইরম্মি। মমা-মপানা অমত্তা পোকচবী নিঙোল অমিগী মমাসু য়াম্না কে-মৌনা হৌজরকপা জাৎনি। অদুনা মশাগীদমক্তা করিসু খন্দ্রবসু মচাশিংগী মরমদদি য়াম্না চ্যেকশল্লি। মীগী মচাগা মীমান্ননা চৎপা তায়—ফিরোল অহনবা খোনবিবা তায়।

মরক মরক্তা পাবুংগী মতৌ মওংদা য়াম্না শাউনিংঙি অমি।

- পাবুং, পিকনিকতা চৎলুগে?
- চৎখিনু।
- পাবুং, বয়স্কাউটতা মিং চল্লগে?
- চল্লনু।
- পাবুং, ক্রিকেটকী ব্যাট অমত্তং লৈবিরকউবা?
- উহুঁ, লৈবিরোই।

অমি শাউনিংঙি। হায়বামত্তং য়াগদবা লৈতে। অদুনা পাবুংদা করিমত্তা হায়নিংবসু লৈতে। অমি অঙাংমক ওইজরবসু খংঙি—পাবুংগা চপ মান্ননা থবক তৌমিন্নরিবা হক আঙ্কল নত্রগা রহমান আঙ্কল খোয়গী ফিবমদি কয়াদা খেন্নখ্রবনো। রহমান আঙ্কলগী ঢাকাদা মাল্টি ষ্টোরীদ বিল্ডিং অমা লৈ। হক আঙ্কলগীসু লৈ হায়না তায়। হক আঙ্কলগী মচা অমিগী মমান্নবা মারুফকী ভিডিও গেম লৈ। কালার টিভিদা পানশিল্লগা মওং মওংনি শান্নরিবা মারুফনা।

- কার রেস, ফিশিং, স্কাই রাইডিং, বক্সিং। মমলসু য়ামদে—লিশিং অনীগা চা তরেৎতনি। লুপা চনীগা মর্ফু পিরগা শান্নবা মওং কুন্থ্রানিথোয় য়াওবা অনৌবা ক্যাসেট অমা লৈবা য়াই বায়তুল মোকাররমদগী। করিমত্তা থৌশাদনা হায়দোরকপা মারুফকী ন্নাহৈনি।

মরক মরক্তা অমি মপাবুংবু ভাব তাবা ঙমদে। য়াম্না থম্মোয় য়াউদবা-নুংশিহৈতবা মীওইগুম খল্লকই মমাসু তুমিন লৈ- ন্না ঙাংদে। পাবুংসু। অমি খংঙি—ঙসিদি মমা অমসুং পাবুং অনীমক্কী পুক্লিং লাংতক্লরি। অমি মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা তুমশিন্ননা লৈ। পাবুং য়াম্না তপ্না অমসুং ময়েক শেংনা ইংরেজীদা ন্না ঙাংঙি। অমি খংঙি—পুক্লিং নুংঙাইত্রগা

নত্রগা শাউরগা পাবুং ইংরেজীদা ৱা ঙাংগল্লি।

- ঐদি হোংদোক্লোই। নঙগী ফিরেপ নঙ নশানা ননীং তম্না শেমজবা য়াগনি। মমাসু খুম্মকই—হৌজিক নৌনামুক অদুগুম্বা ৱা ঙাংনদুনা করি কান্নবা লৈরি?

ঙহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। য়াম্না ইংনা তপ্না অথাপ্পদগী ফাউরকপা খোঞ্জেলগুম মমানা অমুক হায়রকই—নঙনা ঙম্মবদি ঐসু ঙমগনি কৈদৌবগে। নোক্লে নোকমিন্নগনি—ৱারে ৱামিন্নগনি।

অমি খংঙি—মমাসে মশা মথন্তগা কন্না লাহ্নেংনরগা—অৱাবগী নুংশা শোরবু লোন্না ফাজিল্লগা হায়রক্লিবনি।

অমি মমিৎ অতৈসু চেৎনা উইশিল্লি। পাবুংনা মমাবু য়াম্না নুংশিনা তপ্না তপ্না কৌরি। মমা খুম্মক্তে। অমি য়েংদ্রবসু খংঙি—পাবুংনা মমাবু হৌজিক য়াম্না লুনা তৌবিরি—নুংশিনা। অমি খংঙি—কপত্রবসু মীগী মমিৎতা অমুক অমুক মপী তারকই।

অমি-না অসিগুম্বা হৌখিবা থৌদোক কয়াগী স্মৃতিবু মতেক মতেক ওইনা য়েংলিঙৈদা পাবুং থুংঙৈ। ৱা ঙাংদনা তুমিন্না মাঙদা লাক্লুনা লেপ্লে। অমি ভাব তায়—অয়ূক্তা হায়গনি হায়রম্বা ৱাদো পাবুংনা হৌজিক ফাউবা কাউদ্রি হায়বা।

- লাইরিক পাবা লোইরবরা?

- আঁ, মিনিট তরাগী মনুঙদা লোইরনি।

- চাক চারবরা?

- চাদ্রি।

- লাইরিক পাবা লোইরগা চাক চাথোকও।

অমিগী পাবুং মখোঙ মখুৎ হামদোকই—অজু তৌদুনা এশাগী নামাজ খুরমই।মদুদগী অমিগা ফমিন্নদুনা চাক চামিন্নৈ। চাক চাবা লোইরগা অমিদা হায়—লাও, মপান্দগী ঙহাক্তং কোইথোক্লুসি।

মমানা ঙক্লা হংঙি—কদাইদা চৎকদৌরিবনো নুংদাংসিদা?

কনাসু করিমত্তা খুম্মক্তে।

- য়াম্না থেংঙক্কদৌরিব্রা?

- থেংঙোই। অশম্বা পাউখুমনি পাবুংগী।

অমি ঙকই। অদুবু ৱা ঙাংদে। মপাগী তুংইন্না তুমিন্না মপাল থোরকই। খরা চৎলগা খাঙবা ঙম্মক্তদুনা হংঙি—কদাই চৎলিবনো পাবুং?

- মফম্মদা।

- অয়ূক্তা করিনো'মা হায়গনি হায়বদুদি?

- কোন্না হায়গনি।

ইংথমগী নুমিদাংনি। কলোনী লাহ্নোক্লুনা লমজাও তারকপদা ইচিক চিকই। মী কনাসু উদে। সোড়োক কারোংগী চাগী দোকানদুদা হিন্দীগী ক্যাসেট অমা খোংলি। উপজেলা অফিসকী লমহাংদু লাহ্নোক্লগা পুখ্রী অমা, পুখ্রীগী মচি অমদা বি.আর.ডি.বি-গী অফিস, ষ্টোর, মদুগী মনীংদা রেল লাইনগী খোংবানদু য়ৌবাফাউ পাক্লবা লমহাংদুদা নাইট গার্ডনা য়েঙ্গ্লাং-নাপীগী বাগান অমা শেম্মি। কন্না হোৎনজদুনা ইংথমগী য়েঙ্গ্লাং নাপী কয়াদং থারি। থাবলগী মঙালদা ঙৌরোক ঙৌবা ফুলকোবীশিংদুনা বাগানগী ময়াইদুদা শাৎকাইদুনা লৈবদুদি অঙৌবা লৈগী চবুন অমম্মম খিন্দুনা থম্বগুমলি।

অমি চিংনবা হৌরকই মপাগী থৌদৌসিদা। লম্বী মশাংদা ৱা অমত্তা ঙাংনরক্তে। বাগানগী নাকল অমদা লাক্লুনা লেপ্লে মখোয় অনী। পাবুংনা তিঙক মাইঙক্লরিবা অমিদা হায়—চৎলু ইজ্জোলসিদগী কোবী হেকউচো।

অমি খংপ্রেক খংঙি। করিনো পাবুংনা হায়রিবসিবু? পাবুংসিবু মকোক ফৎত্রবরা? অদুবু অমি করিমত্তা হায়বা ঙমখিদে।

পাবুংনা অমুক্কা থৌজিল্লকই—কৈদৌরে চৎলো, কোবী হেকউরো।

অমিনা ঙক্না হংঙি—কোবী হেকপা? ঐনা!

- হোয় হায়বা। য়েংঙু, কয়া ফজখ্রবা কোবীনো—অমম্মম্না ঐখোয়গী চরা অনী কোন্নগনি। চৎলোচো, মঙা-তরুকতং হেকউরো হায়বা।

ঙকচানবা তাঙ্গা লানখিদুনা অমি জ্ঞান তারকই। খরা শাউরংননা হায়রকই—পাবুং, নঙনা ঐবু হুরাল্লুচো হায়রিবরা?

পাবুংদি করিমত্তা নাচুংদে। ইচম চম্না খুম্মকই—ঐদি নঙবু কোবী হেকউচো হায়বনি।

- কোবীবু ওইরবসু, অতৈবু ওইরবসু—মপূ খঙহন্দনা লৌবদুবু হুরান্‌বা কৌই। অমি শাউনিংবগা লোয়ননা থম্মোয় শোক্না হায়রকই—পাবুং নঙমক্না ঐবু হুরাল্লো হায়রবরা?

ইংথমগী অহিংনি। এশাগী নামাজ লোইখিবা কুইরে। মায়কৈ পুম্নমক পুমচিক চিকই। চহী চৎলবা নুমিদাংগুম মীচিক মিরাওখোল তাদে। একাদশীগী মপুঙ ফাদ্রিবা থাজসু নোংনা খুমজিনখ্রে। অমম-অঙালনা য়ান্নরবা অহিংদুদা বাগানগী ময়াইচবুক্তা লেপ্তুনা লৈরি থরায় য়াওদ্রবা লাইফদিবী—অদুগা বেড়াগী মপান্দানা তম্নলাইগুম মখোয় অনী। ইংথম ফি য়াউরক্তবা অমি ইংবনা নিকই। অদুমক্তদা অঙকপা মীৎয়েংদা য়েংদুনা লৈ মপাবুংদা—মপাবুংনা অমিদা—নূংগী মূর্ত্তিগুম—তুমিন তুমিন। ঙহাক লৈরগা অচিকপগী পল থুগাইদুনা তপ্না তপ্না হায়রকই পাবুংনা—অমি, নঙ খংঙিবনি, সরকারগী পিকখ্রবা থবক'মনি ঐনা তৌবিরসে। অদু খঙনা খঙনা নঙনা নঙগী হক আঙ্কল নত্রগা রহমান আঙ্কলগী মচা মশুদৌনা অদু লৈগে—আদা লৈগে—নত্রগা অদু তৌগে আদা তৌগে হায়না নিঙাই তৌরবদি ঐবুদি করি তৌ হায়রিবনো?

অমি ঙহাক মিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা লৈ মপাবুংগী মায়থোংদা। অমিগী থম্মোয় মনুঙদা মথক মখা ওনবা হৌরকই। অনৌবা ৱাখল কয়া মতোল চোংঙকই মাগী থম্মোয়গী তম্পাক্তা। ঙহাক্তদুদা অমি খংচাউ চাউখৎলি। মপাবুংবু চেজেৎ কোনশিঞ্জে। পিক্ল মমায়দুনা শ্রু শ্রু নোইরকই মপাবুংদা। কনাসু ৱা ঙাংদে—অমি, অমিগী পাবুং। অমনা অমগী মায়থোংসু উবা ফংদে। অদুবু মখোয়'নীগী মিৎলুদগী শিন্থরকপা পিরাং মতুম মতুমশিংদো লংত্রিক লংত্রিক লংঙকই থাবলগী মঙালদা।



# লিশিং অনীগা তরাহুমদোই

## ইশতিয়াক আলম

।মরূ : 'অন্য গ্রহের মানুষ' কী মনুঙ চনবা 'দুহাজার তেরো'।

পাবুং ঙসি য়ূমদা লৈতে। অফিসকী থবক্তা জেলা শহরদা চৎখি। হল্লকপগা শাউরপ্না হায়ররনি—মালেমসিগী অতৈ মীওইশিংনা অনৌ অনৌবা গ্রহ নক্ষত্রদা চৎলি—অদুগা ঐখোয়না থানাদগী জেলা শহরদা চৎপদা নুমিৎ অমা মাঙহল্লি।

ঙসিগী নুমিৎসি পিন্টুগী পুন্সিদা থোয়দোকপা নুমিৎ'মনি। অসিগুম্বা নুমিৎসিদা পাবুং লৈতবসি য়াম্না নুংঙাইতবগী মশক্নি। ঙসিদি ঙন্তানা মিকপ থোক্লে পিন্টু—অদুবু হৌগৎনিংদ্রে। পাবুং লৈতবনিনা টেলিফোন সেটসু পিন্টুগী ফমুং মনাক্তা লৈ। পিন্টুনা য়াম্না তন্না ওন থোইনা লৈরিঙৈদা ইখং খঙহৌদনা ডাকাত তারকপগুম খংপ্রেক খংনা ঝনঝন লাউনা খিংঙকই টেলিফোন অদো। লুখুমদা টি-পয়গী মথক্তা থম্লিবা অমুবা রিসিভার অদো খুৎ ওয়না থাঙ্গৎপগা চীংগী থম্মোয় হুৎনা চেন্থরকপা পিক্ল ঈচেলগুম নুংশিরবা খোন্থোক্তা কনাগুম্বা'মনা হংঙকই

- হ্যালো, পিন্টু লৈবরা?

- হ্যালো, ঐ পিন্টুনি।

- ও, পিন্টু, ঐ এরিজানি। নঙবু তরামরিশুবা মপোক নুমিৎকী থম্মোয় শেংলবা নুংশিবা খঙহঞ্জরি।

পিন্টুগী থম্মোয়দা হরাওবগী কুরাক কয়াদং পাইরকখি। অদুবু খুদক্তা অমুক মকশিনখি মাগী থম্মোয়গী অতিয়াদো। নত্তে, এরিজা'সিবু কনানো? খোন্থোকসে খঙবগুমসু তৌই—অদুবু তশেংনা খঙবসু ঙমদ্রে। টেলিফোনগী অসোম ৱাংমদা লৈরিবা নুপীমচাদো পিন্টুগী মওংদো খংঙদুনা হায়রকই—নঙ ঐবু শক খঙবা ঙমদ্রে, নত্রা?

পিন্টু ঙহাক তুমিন লৈরগা হায়-হোয়—হায়বদি...

থিক্ থিক্ লাউনা নোকথোরকই এরিজা। নোকপা খাঙদুনা হায়রকই—নঙদি হৌজিক ফাউবা থায়নগী মীদৌনাসুম লৈরি। অদুক খঞ্জা-মঞ্জানরিবা করিগীনো? খংঙগা খংঙি—খঙদ্রগা খঙদে হায়রগা লোয়রেদনা। ফরে, ফরে, ঐ হায়গে তাও—ঐ নঙগী মামহনগী মচানুপী অতোম্বীনি।

অতৈ মখা শমথবা চঙদে। পিন্টু ভাব খঙতা তারকই। হরাওমনখিদুনা খংপ্রেক খংনা লাউরকই—ও: এরিজা নঙ! কদাইদগীনো?

- ঢাকাদগী।

- নখোয়বু মোগাদিসু'দা লৈরম্বদায়নে। ঢাকাদা কৈদৌঙৈ লাকইবা?

- থা অহুমরোম ফারে।

- কৈদোঙৈ অমুক হনখিগদৌরি?

- উহুঁ, অতৈ হল্লরোই। ঢাকাদাসুম লৈরনি। ইমাগী পোষ্টিং হৌজিক ঢাকাদনি। পাবুংসু নাইরোবীদগী ঢাকা ফরেন মিনিষ্ট্রিদা পোষ্টিং লৌদুনা লাক্লে।

- পিন্টু তাবদা হরাওই। কয়া কুইরবনো এরিজাবু উদবা। য়াম্না চাউরম্মনি- মশকসু ফজরম্মনি। অঙাং ওইরিঙৈদনা এরিজাদি হেলোয়গুম ফজবনি। খুদক্কুদা এরিজাবু য়াম্না উনিংলকখি।

এরিজানা হংঙকই—নঙদি করম তৌরি, পিন্টু?

-ফরি, নঙদি?

ৱাহংগী পাউখুম পিদনা এরিজানা অৱা খোন্থোক্তা হায়রকই— নখোয়সিদদি

হৌজিক ফাউবা পিকচার ফোন লৈত্রি। নত্রবদি নঙবু ৱারী শানা -শানা উগদবনি।

পিন্টু পিকচার ফোনদা খক ৱারী শাদ্রি। উসু উদ্রি। টেলিভিশনদদি উখ্রে ৱারী শাবা মতমদা মখোল তাবগা লোয়ননা মশকসু উই।

এরিজানা অমুক হংঙকই—পিন্টু, নঙ কয়া ৱাংঙি?

পিন্টুনা মাগী ৱা থদৎতুনা হংঙি—মদুদি লাইবু লাইরি। নঙদুম হান্না হায়খো—ঐগী ইপোক নুমিৎ করম হায়না নিংশিংলুরিবনো?

এরিজা ইকাইরপ তৌই। হায়রকই—তশেংবমক্তি, ঐদি কাউবু কাউথোক্লুরবনি। ঙরাং নুংদাং তুম্মমদাইদা ঙসিগী প্রোগ্রাম করিনো য়েংগে হায়না লক্ষ্মীগী টার্মিনাল সুইচ অন্ তৌরুবদা অহানবমক্তদা নঙগী মিং থোরকই। মনাক্তুদা ময়েক শেংনা ইরি—তরামরিশুবা মপোক নুমিৎ। লক্ষ্মীনা নিংশিংবিরমদ্রবদি ঐদি কাউবু কাউরুরবনি।

পিন্টু ভাব তাদদুনা ঙক্লা হংঙি—লক্ষ্মী হাইদি কনানো?

-ও, লক্ষ্মী? লক্ষ্মীবু খঙদরো? ঐখোয়গী হোম কম্পিউটারনি।হোম কম্পিউটারগীসু মিং থোনবসি হৌজিক্কী ফ্যাশননি। ঐখোয়গীসি ইমানা থোনবনি। ইমাদি মহৌশানা খরা আরিবা মোতকী ওইবনা অরিবা মিংথোন অসে থোনবনি। অদুবু লক্ষ্মীদি তশেংনমক্কীসু লক্ষ্মীনি। থবক য়াম্না মরম ওকই—লক্ষ্মী চেল্লি। হায়নবা চঙদে—য়াম্না নিংথিজনা থবক পুম্নমক লোইশিন্দুনা থম্মি। ঐগী মরূপ মপিজাশিংগী মিং, লৈফম, টেলিফোন নম্বর, মপোক নুমিৎ পুম্নমক লক্ষ্মীগী মেমোরিদা ইশিন্দুনা থমখ্রবনি। অদুনা নঙগী মপোক নুমিৎকী ৱাসিসু মাক্লা নিংশিংবিরকপনি। ঐগী হিপফম কা'দসু লক্ষ্মীগী টার্মিনাল অমা লৈ। অদুনা ঐনা ইনীং তম্না শিজিন্নবা ঙম্মি।

পিন্টু য়াম্না ঙকই। খরসু হরাওই। লাইরিক লাইশুদা হোম কম্পিউটারগী ৱা কয়ারক পাখ্রে। অদুবু খক উদ্রি। তাম্নবা খুঙ্গংসিদা করম হায়নসু উগনি? অদুবু ঢাকা চৎপগী তাঞ্জা ফংলবদি এরিজাখোয়গী কম্পিউটারদো পেন্না য়েংঙকপা য়ারনি। পিন্টুনা ঙক্লা হংঙি—এরিজানা মাগী টেলিফোন নম্বর করম হায়না খংঙুরিবনো? মখোয়দি ঢাকা দা লাকপসু কুইদ্রি—লাকপা মতুঙদা খকসু ৱারী শান্নদ্রি। পিন্টুগী ৱা তাবদা এরিজানা নোক্লা নোক্লা খুম্মকই—পুম্নমক লক্ষ্মীগী থবকনি। পিন্টুখোয় হান্না ঝিনাইদহদা লৈরম্মি। লক্ষ্মীনা অহানবদা ঝিনাইদহদা টেলিফোন তৌরি। সুনামগঞ্জ জেলাগী বিশ্বম্ভরপুর থানাদা শিনখ্রে তাবদা লক্ষ্মীনা সুনামগঞ্জতা অমুক টেলিফোন তৌই। অদুবু লাইন ফৎতে হায়না ফংদ্রে। খুদক্তা টেলিফোন মন্ত্রীগী 'কমপ্লেইন সেল' দা লক্ষ্মীনা কমপ্লেইন তৌই। মদুদগীদি উরেদনা—ঙসি সেপ্টেম্বরগী অহানবা নুমিৎসিমক্তদা পুঙ তরুক্কী মনুঙদা...

এরিজানা অতৈসু মখা শমথরকখি—মপোক নুমিৎকী গ্রীটিংস কার্ড অমসু বাই পোষ্টতা থাখ্রবনি। কম্পিউটার টার্মিনাল অমদা গ্রীটিংস কার্ড অদো নমশিনবগা ঐগী খোন্থোক্তা তাবা ফংগনি কার্ডতা রেকর্ড তৌখিবা ঐগী য়াইফা- ৱাহৈশিংদো।

পিন্টুনা হংঙি—ঢাকাদা নখোয়বু হৌজিক কদায়দা লৈরিবগে?

- এস.ডি.থ্রি-দা।

- এস.ডি.থ্রি? পিন্টু ঙকই। নত্তে অদুবু কদায়দনো?

- হান্না বারিধারা লৈরম্বা মফমদুদা।

এরিজাগী খোন্থোক্তা অৱা-নুংঙাইতবগী খোঞ্জেল ফাউরকই— ঢাকা-সে য়াম্না অমোৎপা শহরনি। পিকখ্রবা মফম মরাং নাইদ্রবা শহরসিদা মী কোটি অনী লাখা কুনমঙাগা লিশিং কুন্থামঙা লৈরি। অয়ুক নুংথিলদা মীশিং অতৈসু লিশিং নিফু হেনগৎলি। মী লিশিং হুম্ফুরোমগীদি ময়ুম মকৈ করিমত্তা লৈতে। লম্বীদা-লমহাংদা পুন্সি লেল্লি। অদুনা শহরসিগী লম্বী খরদি নুমিদাংদা অসিগুম্বা ময়ুম মকৈ লৈতবা মীওইশিংনা পিরিক

শৌখি—গাড়ী চৎপা য়াদে। ঢাকাগী নুংশিৎসু য়াম্না মোৎলে। হু চেল্লে। মদুগীসু মথক্তা গ্রীণ হাউস এফেক্ট। হিংবা য়াম্না ৱাই। অদুনা ৱার্ল্ড ব্যাংকতগী লোন লৌদুনা সিনথেটিক ডোম অহুমখক শেম্মে। সিনথেটিক ডোম'সিবু শম্না এস.ডি কৌই। অহানবদুদা প্রেসিডেন্ট, প্রাইম মিনিস্টার, মন্ত্রীশিং অমসুং সরকারগী ফম্নাইবশিং লৈ। অনীশুবা'দুদানা ডিফেন্সকী ফম্নাইবা খরা। ইমাদি বিকল্প জাতিসংঘগী নুপীগী মরম য়েংলিবা অফিসারনি। অদুনা ইমাবু এস.ডি.থ্রি-দা লৈফম পিবনি। এস.ডি-দা লৈফম পিদ্রবদি ইমাদি ঢাকা-দা লাকসু লাকওইদবনি।

পিন্টু ভাব তাদে। অদুমক্তদা হায়—অদু ওইরবদি নখোয় য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিনা?

এরিজা শাউনিংনা খুম্মকই—নুংঙাইবা হায়য়ে! অফা-অপুননি—অফা-অপুনগী পুন্সিনি। একর লিশিং অনী মখাই লমগী মথক্তা শাবা এস.ডি থ্রি ডোমসিগী মপান্দা থোকপা য়াম্না লুই। মপান থোকপদা য়াথং চংঙি। হঞ্জিল্লকপদসু। স্পেশাল গাড়ীদা তোংদুনা থোকপা তায়। হঞ্জিল্লকপসু অরায়বা নত্তে। কোয়ারেনটাইন চেম্বারদা চেক-আপ তৌহনবা তায়।

পিন্টু ঙক্লা হংঙি—করিগী?

-করিগী হায়ববু করিনো? ঢাকাগী নুংশিৎতি পল্যুটেডনি। নুংশিৎকা লোয়ননা পাইদুনা চৎলি লিশিং লিশিং লৈ-নাগী মহিকশিং। অদুনা মপান্দগী হঞ্জিল্লকপদা মপালগী লৈ-না পুশিল্লক্তনবা চেক-আপ তৌবা চংঙি।

পিন্টু অপঙবদৌনা খুম্মি-অ:।

এরিজাগী ৱা লোইদ্রি। মখা শমথরকই মানা—আতিয়া হায়বদো করম তৌরি উবা ফংদ্রবনি ঐখোয়। প্রকৃতিগী নুংশিৎসু চংদ্রবনি। শম্না হায়রবদা বন্দী'মগী পুন্সিনি।

পিন্টুনা নুংঙাইতনা হংঙি—অদুবু করম হায়ননো নখোয়না হিংঙিবদুবু?

এরিজাদো পিন্টুগী ৱা তারগা হৌনা নোকথোরকই। হরাও খোন্থোক্তা হায়রকই—য়াম্নদি ফৈ হায়বা এস.ডি.গী পুন্সিমে। গ্রীণহাউস গ্যাস না মালেমসি শাগৎলক্লবসু ঐখোয়গীসিদি শাদে। শাবা-ইংবা, চোৎপা-কংবা-অক্সিজেন পুম্নমক চাং চপ চানা থমখ্রবনি। করিমত্তা ৱানিঙাই লৈতে। নুংশাগী য়াক্লা শাবা মৈচাক্লা ঐখোয়সিগী কনাগীসু হকচাং কাহৎতে।

-অ: পিন্টু পংশিল্লকই। করি হায়ফম থোকপা ভাব শাবা ঙমদে।

এরিজানা হংঙি—নখোয়দুগদি হৌজিক করম তৌরি?

টেলিফোন দা ৱারী শা-না শা-না পিন্টু ফমুংদা হিপ্পমবদগী হৌগৎতুনা ফম্নম্মি। হৌজিক এরিজাগী ৱাহংসি তারগা পিন্টু তপ্না তপ্না লেপখৎলকই। থোংনাউগী মনাক চঙশিন্দুনা পর্দাদো হায়দোকই।

পাউখুম ফংদ্রবদা এরিজা অমুক্কা লাংতক্লনা হংঙকই—কৈদৌরে পিন্টু, নখোয়না লৈরিবা মফমদুবু কমদৌগে?

-মায়কৈ 'পুম্বদা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তনি। পাক্লবা সমদ্রদা তাউরিবা জাহাজ অমগুম তাউদুনা লৈরি ঐখোয়গী থানা শহর অসে। ঈশিং খরা খরা কংথবা হৌরক্লে। অৱাং অতিয়াদা মেঘালয়গী অশংবা চীংশাং পরেংনা নোংগী অঙৌবা কোকয়েৎ য়েৎতুনা তুমিন্না লেপতুনা লৈরি। অয়ূক্কী নুংশানা সনা অহিংবা মচুগী মঙাল শন্দোরক্লি। অথাপ্পগী চীং-উমং—খুঙ্গং পুম্নমক নুংশা মঙালসিদা নঙদৌনা হরাউনা নোক্লি।

এরিজা খরা ইকাইবগুম তৌই—খংঙেদা!

পিন্টুগী কল্পনাদা এরিজাগী নোকমি মায়থোং ফাউরকই। ৱা ঙাংনিংবগী নুংশিৎ অমা হৌরকখি। মখা শমথরকখি পিন্টুনা—আতিয়াসে শংবানৈ। চপ চাবী অশংবা মুচুসু

নত্তে—অশংবগা তেনব্রা মচুগা য়ান্নবগুম্মি। লশিং মফোলগুম ঙৌশোক ঙৌরবা নোংগী মপৈ কয়ানা শংবানবা তম্পাক্তা চোইজাইননা তাউরি—নুংশিৎকী লিরি তান্থাদা মোং হাদনা তপ্পা তপ্পা পাইদুনা চৎলি অশংবা সমদ্রুগী পিবুকনুংদা। নহালদা টিভি প্রোগ্রামদা রবীন্দ্র সঙ্গীত শকখিবা নুপী মচাদো, অশংবা আতিয়াসে মাগী ঈশৈগুম্মি-'অশংবা আতিয়াদা কনানা তাউহল্লি অঙৌবা নোংগী হিনাউ...'

পিন্টুগী ব্রা থৎতুনা এরিজানা পাখৎনা হায়রকই—পিন্টু, লক্ষ্মী-না খা-না য়েংঙকয়ে।

পিন্টু করিমত্তা ভাব তাদে। ঙক্তা হংঙি—করি তৌরবগে?

-তৌবা হায়ববু করিনো—ব্রা ঙাংনবগী মতম লোইরে।

-নঙনা কয়া কূইনা ব্রারী শান্নগনি মদুসু হায়না পিগদৌরিবরা নঙগী করি হায়য়ে—লক্ষ্মী হায়রবা-অলক্ষ্মী হায়বরা'দুনা? পিন্টু অশাউবা খাম্বা ঙমখিদে। এরিজা খংঙি পিন্টু শাউরে হায়বা। তপ্পা থেমজিল্লকই পিন্টুবু।

-শাউগনু পিন্টু। লক্ষ্মীবুসু তাইনবিগনু। মাগী করি মরালনো? মাবু অসুম হায়না প্রোগ্রাম তৌদুনা থমখিবদুননি।

এরিজাগী খোঞ্জেল হোংদোকখি। য়াম্না জ্ঞান তানা হায়রকই-

তু,য়েংঙু, ঐগী নুমিৎচপ্পা'সিমগী প্রোগ্রাম স্ক্রীন দা উৎলি। ঙসিদি হোমটাস্ক য়াম্না লৈ। নুংথিলদা পার্টি অমসু লৈ। য়াম্না নুংশিনা হায়রকই এরিজা-না—শাউগনু পিন্টু। ঙসিগী ওইনা থম্মগে। খুট লাউনা টেলিফোনগী লাইন ককখি।

পিন্টু ঙকচাননা ঙহাক লেপ্লগা রিসিভারদু তপ্পা তপ্পা থম্মি। ফক্লাংদা থেৎলিবা ক্যালেন্ডাররোমদা মিৎয়েং তাখি।

ঙসিদি সেপ্টেম্বরগী তাং অমা, খৃষ্ট কুম লিশিং অনীগা তরাহুমদোই—পিন্টুগী তরামরিশুবা মপোক নুমিৎনি।







## এ কে শেরাম

অপোকপা : শেরাম নবকিশোর সিংহ
পলেম : ঁ থাম্বাল দেবী
পোকপা : ফাইরেনগী ১৫, ১৩৫৯
(২৭ ফেব্রুয়ারি, ১৯৫৩)

হবিগঞ্জ জেলাগী চুনারুঘাট থানাগী মনুঙ চনবা গাজিপুর ইউনিয়নগী বিশগাঁও খুঙ্গংদা।

ফোঙলবা লাইরিক্কী মশীং-মঙা।
সাহিত্যগীদমক্তা ফংলবা এৱার্ডশিং-
সোনামনি মেমোরিয়েল এৱার্ড (১৯৯৪)
শেকড়ের সন্ধানে এৱার্ড (১৯৯৯)
'বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী হৌদোকপিবা লুচিংবনি। 'ইন্টিগ্রেটেড মণিপুরী এসোসিয়েশন (ইমা), বাংলাদেশ'কী ফাউণ্ডার চেয়ারম্যাননি। সাহিত্য সংস্থান 'প্রথম দিনের সূর্য' অমসুং 'সোনালী ব্যাংক অফিসার্স ওয়েলফেয়ার এসোসিয়েশন, সিলেট'কী সভাপতি ওইবিরি। 'বাংলাদেশ উদীচী শিল্পী গোষ্ঠী, সিলেট জেলা সংসদ'কী সহ-সভাপতি অমসুং অতৈ সংস্থান কয়াদংগসু মরী লৈনৈ।
ব্যাংককী একজিকিউটিভ ওইনা থবক তৌবীরি।
আমেরিকাগী মারকুইজকী মায়কৈদগী ফোঙবা 'হুজ হু ইন দা ওয়ার্ল্ড'গী ১৫শুবা এডিশনদা পুন্সি ৱারী ফোঙত্রে অমসুং আমেরিকান বায়োগ্রাফিক্যাল ইন্সিটিটিউট, (এবিআই) না ১৯৯৭গী 'ম্যান অব দি ইয়ার' এৱার্ড পীদুনা ইকাইখুম্নখি।
১৯৭৫ দগী হৌরদুনা মণিপুরী সাহিত্য চেফোঙ 'মৈরা' সম্পাদনা তৌবিরি।